Centre

# "মক্তমণী-ঈচেল"

## ( অহানবা শরুক )

শুমা নাটক

ইজবা :—

শ্রীলাইময়ুম মাধব শর্ম্মা

সেক্রেটরী—ইম্ফাল উখ্রুল রোড

ট্রান্সপোর্ট কোঃ-ওপঃ সোসাইটি লিমিটেড।

কোংজবা

শ্রীলাইশ্রম গাজিল সিংহ

মুদ্রক অকোংবশিনি ]

[ মমল ২'০০




## লীলা অসি শাম্নবদা

### চংগদোবা নুপা।

১। ইবোহল—চহি ৩৫ রোম শুরবা নুপা অমা (লীলাগী হেরো)

২। নিংথেম—চহি ৪০ রোম শুরবা নুপা অমা

৩। মুহেন্দ্র—ইবোহলগী মনাও (চহি ২০)

৪। বাবুধোন—ইঞ্জিনিয়ার

৫। তোম্বা— জার রালা

৬। ইবোতোম্বী— „ „ „

৭। রাজেন—চহি ৬ রোম শুরবা ইবোহনগী মচানুপা

৮। বীনো— স্কুল ওবা

(হোম গার্ড থরা, পুলিস থরা, হোটেল বামোন, ছাত্র অমসুং অহল অমা অসিনচিংবা।)



### নুপী

১। রাধে—ইবোহলগী নুপী

২। লৈরেন—চহি ৪২ রোম শুরবী নুপী অমা

৩। থাবা—লৈরেনগী মচা নুপী (চহি ২০)

(ছাত্রী অমা, নুপী অমা নর্স অমা)

———

# কৎচবা

কল্লবা ঈচেলনি মতমগী
থিংবা ওমদনা কাওথিনি।
শাৎথি মতমগী লৈরাং
কেনথি থংহোদনা কনাস্নু।
সুংঙাইবা খোংচৎ পুন্সিগী
নিংশিংদনা লুপথি অরাবদা।
সাহিত্য মন্দির ইমাগী
সুংশিরবা কলমগী লৈকোন্দা,
পাংলবা রাথন্দগী শাৎচবা
"মতমগী ঈচেল" অহানবা শরুক।
ছুমথিদনবা মতমগী নোংলৈনা
কৎচরি ইমাগী খুয়াথাদা।

কৎচবা
শ্রীলাইময়ুম মাধব শর্ম্মা
তাং ৩। ৬। ৬৪ ইং

"মতমগী ঈচেল" অহানবা শরুক ড্রামা নাটক অসি পারে। লীলা অসিগী মঙ্গুংদা হৌজিক্কী ফিবমদা চেল্লিবা ঈচেল অমদি ইরাং পুম্নমক অসি করম তৌনা থিংগদগে হায়নসি ময়েক শা:না উৎলি। ইমুংদগী মপাল থোকচদনা য়ুম্বালবগী রাথন্দা লৈজরবা ইবোহলনা মতৌ করম্না মতমগী ইরাংদা লুপখিহ্নুনা লৈখা তাখিবা। য়ু, গঞ্জা, জ্বার অমসুং ওক্কবীগী সঙ্গনা মীবু শা ওইহল্লি। হৌজিক্কী নহারোল অকিসারশিংনা হুপীদা কা হেনবদগী অল্লাবা ফংখিবা অমদি মশাগী ইজৎ মশানা মাংহনজবা ইঞ্জিন্নিয়ার বাবুথোনগী রোলদা তশেংনা উবা ফংলি। থাবা অমসুং লৈরেন মমা মচাগী রোলদা ওক্কবী ইমুংগী মরমদা লীলা অসিদা উৎলিবসিনা হৌজিকমক ওইরিবা ফিবমদগী থোইদোক্না উৎমনবা থোকলোই। য়ূ থকপনা অচুম্বা হায়জব-ফাও অঙাওবনি হায়হুনা কনানসু মরা লৌবীদে অমসুং মশাগী শিনবা লম্বী ওইরকই। পীক্লবা ভলুম অসিগী মঙ্গুংদা রাইটরনা শেমলিবা শিলশিং অসিগা ওন্থোক্না চানথরে।

হৌজিক্কী মতম অসিদা অসিগুম্বা ড্রামাশিংসি ইহুনা অমদি স্টেজদা উৎত্তুনা হৌরকলিব্বা নহারোলশিংগী লমচত্তা নত্তবা নম্বীদগী কনবা উমগনি হায়না আশা তৌই।

এল ইবোচৌব সিংহ
কর কোষ্ঠী বিচারক
তাং ২৯। ১০। ৬৪ ইং

শ্রীলাইময়ুম মাধব শর্ম্মাগী নাটক ড্রামা "মতমগী ঈচেল" অহানবা শরুক অসি হৌজিক্কি ফিবমদা থোকলিবা ওক্তবা ওক্তবীশিংগী শমছুং চুমথোক্নবা হোৎনবদা মস্তেং ওইবা য়াবা লীলা অমনি। মতম মতমগী চৌরকপা ইরাংদা পুলিস অমদি কোর্টতনা লৈবাক অমবু শান্তি পীবসি প্রজাগী মতেং য়াওদনা ৎরা য়ানা থোকই। প্রজাগী মসুংদসু লাইব্রিক ইবাশিংগী কজবা লীলা, ড্রামা অমসুং আরটিকল তত্তনা কোংহুনা মীপুম তিংনা উহনবা, পাহনবনা অমুকসু হেন্না শান্তি পুরক্নবা লম্বীদা মতোং শাহই। মরম অসিনা ঐথোই প্রজাশিংনা হৌরক্লিবা নহারোল রাইটরশিংবু উৎসাহ পীবা দরকার লৈ। গোভর্ণমেন্ট নসু রাইটর হায়বদি ট্রান্সলেটর মত্তবা মশাগী রাথন্দগী পুথোক্নুনা ইরিবা মীশিংবু হিরম কয়াদা য়েংশিনবীহুনা মিৎয়েং চংশিনবীবা কৈ। মাহুনা লৈবাকী শান্তি পুরকপদা লায়না থোকনি। মরম অসিনা অসিগুম্বা নাটক ড্রামা অসি পুথোকপীরকপগীদমক্তা ঐনা রাইটরবু হন্না হন্না থাগৎচরি অমসুং মসুংদসু অজোপ অতোপ্পা সমাজগী কাম্নগদৌবা মওংগী ড্রামাসু পুথোক্নপীরবা নীংশিংজরী।

পি.এচ. ইবোয়াইমা শর্ম্মা।
ইম্ফাল মিউনিসিপাল কমিশনার
তাং ২৮।১০।৬৪ ইং

# ৱাহৌদোক

মতমগী ঈচেল হায়বা ড্রামা নাটক অসি পংলবা রাথলনা ইকরুনবগী মরমদি মতম মতমগী মভুং ইমা ঈশ্বরগী খুংশেম অমদি মীওইবগী রাথস, রাওাং অমসুং শাজং হোংলকপা পুন্নমক স ইশিন্দুনা থমজনিংবদগী লাইরিক মচা অসি ইজরুবনি। মাসদা করিগুম্বা অশোয়বা অরানবা অমদি রাহে রাত্তাগী মরমদা য়েংশিনবীহুনা চুমথোকপীররুবদি মথংগী হাপাদা চুমথোকচবগা লোয়ননা ইবুংঙো ইবেম্মাশিংগী মকমদা হন্না হন্না থাগৎচগনি।

লিলা অসিগী মরুওইবা মচাক্তি যু, গজা, কানি, আর অমসুং ওক্তবী পুন্নমক অসিনা পুন্নপ তিন্দুনা হুংঙাইবসি লাইহৌ পাথৎলকপদা থকপা ঈশিংনা ঙাইহাক হুংঙাইনা পোথারগা মাহুনা অমুক চান্নকপনা থাংবা ওমদবগুম্বনি হায়বসি লিপা অসিদা ময়েক লাননা উৎচরি। লিলা মচা অসিনা অসিগুম্বা সমাজ সংস্কারদা থজিত্তং মতেং পাংজবা ওমগত্রা থন্নবদগী মচাকশিং অসি খোমজিনজরুবনি।

অয়োইবদা লাইরিক অসি হাপা নবগী থবক্তা অমাং অতোং দায়ত লোবীবগীদমক্তা শ্রীযুক্ত লাইশ্রম থানিল সিংহ, প্রোপ্রাইটর, ষ্টুডেণ্ট ইম্পারিয়ম অমদি লাইরিক অসিগী মরিদা সহযোগ পীবীরকপা শ্রীএল, ইবোচৌবা সিংহ অমসুং শ্রীপিএচ, ইবোয়াইমা শর্ম্মাগী লম্মন তোন্নবনি।

তোন্নবা

শ্রীলাইময়ুম মাধব শর্ম্মা

তাং ২৯। ১০। ৬৪ ইং।



শ্রীলাইময়ুম মাধব শর্ম্মা।

# মতমগী ঈচেল

## ১বা উৎপা

### য়ুম

মতম ঃ—অয়ুক পুং ৭ তাবা

( য়ুম অসি চহি অনিরোমগী মমাংদ: শাখিবগী ফিবমনি। থোইনা মনবা নত্তে। কা অনিগুবা চেক্লা শাবা তিম্না কুপ্পা বক্লা য়ুমশানি। থোং অনি ফাংলি। য়ুম অসিগী মাঙ্গোন্দা মুড়া অমা থাই। মুড়াগী মথক্তা খুদৈ অয়াংবা অমা ফিথুপ নাইনা থুপতুনা লৈ, খুদৈ অম্বিগী মথক্তা কিবোংগী গমশা অমস্তু থুপতুনা থমলি। য়ুম অসিগী মথাথংবা থোংদগী ইবোহলনা লোংগি অমা শেং, থুরুম অমা তোং অমস্তুং মোজা কুরিৎ থুদাং চোনবী অমা লিংলহুনা থোরক্লগা কিবোং গমশা অহু লৌহুনা মুড়া মথক্তা ফম্লগা মমাংদা লৈারবা মিংশেল অহু য়েংহুনা মমাই মমিং তৈথোকলি ইমুংদগী চহি মঙারোম শুরবা মচাহুপা রাজেন্না লাইরিক খাও অমা নাকন্দা য়ান্দুনা লাইরিক তম্বা চংকদোবগী থোরকই।)

রাজেন—( মথুং লোম্নহুনা ইবোহন্দা ) নমস্তে।

ইবোহল—নমস্তে।

রাজেন—Good Morning.

ইবোহল—Good Morning লাইরিক তম্বা চংকদোরব্রা ?

রাজেন—চৎলগে পাবু। পেন্সিল লৈত্রে……।

ইবো:—হা: পেন্সিল লৈত্রে?

রা:—লৈত্রে।

ইবো:—অদু নমাদগী পৈশা লৌদুনা লৈখোদনা।

রাজে:—ইমাদি খৎনরে কৌনদ্রে।

ইবো:-করি তৌবগী খৎনরিবনে? হায়রিয়ু, হায়মু ঐ বিচার তৌগে।

রাজে:—পাবুংনা বিচার তৌরগা কনানা লানগদৌরিব?

ইবো:—হা: হা: হা:………। মাদুদি লুই হৈ: রাজেন হা: হা: হা: নখোই অনিগী মমুংদা অরানবদু দণ্ডি পীবা ফনা লুই হৈ। নমানা লাল্লে ফুবা য়ারোই নংনা লাল্লে………।

রাজে:—ঐবুদি ফুগদ্রা? (ইবোহনগী মনাক্তা পেহৌ পেহৌ তৌদুনা চংশিল্লকপা। ইবোহলনা নোক্লদুনা রাজেনবু কোন্দুনা চুপ্পা।)

ইবো:—ইচাবুদি করিদৌনা ফুজরুনি। নংনা লাল্লবসু নমানা লাল্লবসু নমাদা ফুনি।

রাজে:—পাবুং ইমা ফুবিসু ইমানা লান্দে ঐনা লানবনি।

ইবো:—অং অং…………।

রাজে:—ইমাবু ফুরবদিনে পাবুং ঐদি য়ুমসিদা লৈরোইদৌবনি।

ইবো:—কদায়দা চৎকদৌরিবা, কনাদা লৈরুদৌরিবা?

রাজে:—ইমা পুরগা আ: হোটেলদা লৈরুনি।

ইবো:—হা: হা: হা: রাজেন অদুগুম্বা রা হায়হৈদে হৌনদে অমুক হন্না হায়গনুকো।

রাজেঃ—করি তৌবগে ঐখোইগী ইমাম্বঃ অমসু লাইরিক তম্বা তোক্লুনা ঐখোইগী স্কুল মনাক্তা লৈবা হোটেল অদুদা লৈ। মাদি অহাও অহাওবা বোরাকা য়াম্না চায় হায়। অদুগা পৈশাসু কংই হায় অদু ফত্রা?

ইবোঃ—হোটেলদা লৈবা হায়বা অদুদি য়াম্না ফত্তবনি রাজেন। মমা মপা লৈত্রবা মাগী কনামত্তা লৈজত্রবা মীদনা হোটেলদা লৈদুনা হোটেলগী য়োনবা শিজ্রবা অরেম অপা, অপুম আশা চাবনি। নংদি লাইরিক কম্না তমদুনা য়াম্না হাওবা অথুম অহাও ঙাক্তা চাদুনা ফজবা যুমদা লৈদুনা কারকা তোংদুনা চৎকদৌবনিনে রাজেন।

রাজেঃ—অদুদি ইমা ফুররোইদ্রা?

ইবোঃ—হোইনে, হোইনে, নংসু ফুররোই নমাসু ফুররোই। (ইমুংদগী রাধেনা রাজেনবু কৌরকপা।)

রাধেঃ—রাজেন! রাজেন!

রাজেঃ—কৌবিরকহু।

ইবোঃ—নমাগা খৎনবদি হৌনদবনিকো রাজেন। অদুগা মীনা কৌবা থুমত্রবদিনে লাইরিক হৈতে হায়বনিকো।

রাধেঃ—নংবু চাক চাও হায়রগা ওইনরিবসিবু করিগীনো? লাক্লত্রা?

রাজেঃ—নংগী চাক অইংবদু চারবদি নানিয়ে। (রাধে থোরকপা।)

ইবোঃ—চাক চজিক অঙাংদা পীজরব্রাও।

রাধেঃ—কনাগী চাক চজিকনোনে। হৌজিক্তা অশাবা থোংহুনা থিদোকপদা ঙাইরিবনি। অত্থবু মানা থীবা উহৌদে অয়িংবনি হায়হুনা হেক্তা নিংঙাই তৌরিবনি। মাসি লাকনবা ওম্মোক্লা রাগদৌরিবা অঙাংনি। ওম্মোক্লা মান্নজখরে।

ইবোঃ—কৈনবুদি তোকপা পোকপা হৌনব্রদো? অঙাংসিনা য়াদে হায়রবদি মমাংদা থীবীবা য়াদ্রাও। চংলু চংলু অমুকহন্না থোংউ।

রাধেঃ—থোংহুনা হেক পীজবীয়ো। ঐদি থবক য়াম্না রাংলি ওন্নরোই।

ইবোঃ—অত্থবু চরা হেন্দুনা চংহনগদ্রাও। করিনো মখোইগী মমা মচাসিদি চপ মান্নেনে।

রাধেঃ—মান্নদদি, অঙাংনা হায়বমথৈ য়ারবদি তোংজৈ মরিল লিংপা তারিনে?

ইবোঃ—য়াদ্রবদি অঙাংসিগা মান্নহুনা থংনরোদনা। তোকও ইচাসিদি আ ছুকান্দগী কবোক লৈবিরগে চাক্লরন্থু মাগী চাকসি। কদায় ঙরাংগী শেল অত্থদগী লুপা ১৲ (অমা) পীরকউ।

রাধেঃ—মুংঙাইরেদা মী অঙাংগী কোলেজ পরিক্ষাগী পুথংনবা শুদহুনা লৈরিবহুবু।

ইবোঃ—কোম্নগীনা কোম্ন থোক্লবা লাক্কনি পীদ পীরকউ, অঙাং লাইরিক তম্বা থেংগ্রগনি।

রাজেঃ—পাবুং ঐগা ইমাগসে কনানা হেন্না মুংশি?

ইবোঃ—হাঃ কনানা হেন্নি হায়সিগে? "চাকা য়েঙ্গাংগা শেন্দোইগা শোন্নপকনিদনা (রাধে ম'চন খুমহুনা মমিৎনা ইবোহলদা নোকপা।)

রাজেঃ—কনা কনানা করি ক'রি?

ইবোঃ—নংনা য়েঙ্গাং, নমানা চ'ক। নংনা শেন্দোই, নমানা (ময়ামমক নোকপা। রাধেদা ওনশিন্দুনা হায়বা।) কদায় শেল হায়বত্থ পুরক্লব্রা?

রাধেঃ—লৈভে লৈভে। অসুম ভোঠুনা অঙাং অসি নরাংহল্লবনি। থরা কিহন থোংহন্দুনা, য়াদে হায়বদি থংহন্দনা অঙাংনা হায়রিবমখৈ হেক য়ারহুনা.........। (রাজেন্দা ওনশিনহুনা) নং চাক অসি চাররোইব্রা? কৈ কৈ চাকসি চ'ব্রবদিনে লাইরিক তম্বকা চংহললোইদোবনি থংলব্রা? (অরাংথংবা থোংদগী মোহেন্দ্র লাইরিক অমা নাকন্দা য়েপ্পুনা থোরকপা।)

মুহেঃ—করি ভোরে রাজেন হৌজিককাওবা লাইরিক তম্বা চব্রবদি? থে'ড্রিব্রাও?

রাধেঃ--চাকী নিংঙাই ভোরিবা।

মুহেঃ—চাক করি ভোরবগে?

রাধেঃ— হৌজিক্ত থোংলিবা চাক অহুবু ইংই চারোই হায়হুনা নিংঙাই ভোকম চাদনা নিংঙাই ভৌ'রিবা। অসুক

পিকলিডৈনা অসুম ত্তোরবদি হয়েং চাওরবদি ওকদৌ-
রিবাঁমি।

মুহেঃ—অঙাংদি অঙাং হায়রেদনা। (রাজেনগী মখুদাং পায়রুনা)
লাকও লাকও চাকতু ঐ থাহল্লগে। য়েংঙোই ওসিদি নখোইগী ওজানা স্কুলদা ইহান-হান্না কারকপা অঙাং অতুদি ছুটি ওয়া থাবিগনি হায়......।

রাজেঃ—পাবুংতোন, অদুদি ঐ চেলহৌরগে মীনা হানগনি।

মুহেঃ—অতু চাক চাদনা কারকপসু রায়োই মবুক মেং মেতুনা য়েংগনি হায়।

রাজেঃ—অতুদি ঐ চাক চারুরগে। হয়েংঅরৈদি ওয়া চানবা মুমিদাং চাক চারয়োই, অয়ুক চানবা থন্নলগে।

মুহেঃ—মুমিদাংসু চাগদৌবনি অয়ুকসু ওয়া থোংলপা চাগদৌবনি।

রাজেঃ—ইমা এংগী চাক পীরো। (ইমুংদা চেনশিনখিবা।)

মুহেঃ—চংউ, চংউ, ঐ পীগে। (মুহেন্দ্রসু রাজেনগী মতুং ইনখিবা।)

ইবোঃ—অঙাং লোয়নবদি মুহেন্দ্রসি ওহোক্লা হৈরে। রাধে ওসিদি ঙা অতেকপা অমতং চাদিদনা।

রাধেঃ—নংদি মুমিং চুপ্পগী য়েক্লাংসি হাওইগা হাওতেগা, ঙা থোংউগা, কাংঙো-ঙোগা ঙুরুং ঙুরুং ঙংহুনা মুমদগী মপান শুকথোক থোক্তবমথৈ লৈবসিবু ওল্হোক্লা ওমগ্রে। নমানবা পুম্নমক ময়ুমদা ঙাইহাক্তা লৈতে। রাহৌরকপগা মানা মানা থোকপা পংচত্তা চংনখি। মুমদা ঙম লৈবসিবু রাজ্রা?

ইবোঃ—ঐনা কম্মিবসি অরেম্বা ঙম্মা মতেসে বুদ্ধি তৌরিবনি।

রাধেঃ—করি বুদ্ধি তৌরিবা?

ইবোঃ—করম তৌরগা য়ুম অসি অমুক্তং মীমান্না পানবা য়াগদগে হায়না খল্লিবনি  ঐনা হৌজিক তলব চাবা থবক তৌরক্লনা থাদা রুপা ৬০।৭০ ফংবদগী হেন্না নিংঙাই লৈত। মতুনা হৌজিক মণিপুরগী ফিরম অসিদা চাবা কোন্নবদি লাইরবনা ঐগী চুরুট, বিড়িগী খরচ কোন্নবগী রা লৈতে।

রাধেঃ- অদুবু শুম য়ুমদা ফমদুনা লৈরগদি ফংগন্না?

ইবেঃ—ফংদবনা হেন্না কৈ। অসিদগী শোরোক হেক থোকখিবদা হুরিংখাওদা রুপা ৩ দগী তাদনা য়াওত্রবদি লেন্নত্রবা মতমনিনে রাধে। মরুপ অমা উন্নবদা চুরুট মচৈ অমা, চা গিলাস অমা পীথকত্রবদি হৌন থংদে হায়নরিবনি। অদুনা শোরোক্তা শুম লৈরবদি অদুগুম্বা মরুপ তন্না শেংনরবদি চা গিলাস ১০, চুরুট মচৈ ১০, পৈশা কন্নানো থংলত্রা? অদুগীসু মথক্তা শোরোক্তা হঙৎ-হন্দা চত্তুনা লৈবসু মীনা অঙাওবনি হায়খিনি, ময়াম মরক্তা ফমলুরে করিগু নত্তবা রা অমদা নিংঙাই তৌনরকনি মীগা শক হুংশিনরোই, হোটেলদা ফমলে মীগী পোৎ য়োনলিবা মফম অদুদা রাখি ঙাংদুনা ফমজিন্নগা নোংমগী রুপা ১।২ দং ফংজনবা তানজরিবদু মী চংহন্নবদি নংনা থাকপীরুগেরাও? লিকশিনবা তম্মুনে রাধে।

চেশিকল্লগা মী ওইগদৌবনিনে। শেল তানবদি য়াবনি হন্দোকপদি হুংঙাইবনিনে।

রাধেঃ—অদু তৌবগী তৌবা ঠিকাদু তৌবদি য়াদ্র ?

ইবোঃ—তৌরোই তৌরোই ইরম্মা থবক তৌরগা মীশোন্দম্ন অমুক নপ্পা। ইস চপ্রাসিদগীনা সাহেব ফাওবা থনবা অদুগীস্ন মথক্তা সাহেব নপা কাংবুদম্ন অমুক নপ্প। নপনবা গোমকা লৈজদে। থবক শুরে অককনবা মতমদগী নোংমতং হেনবদা মীগী অদুক য়াম্মা চংশ্রিবা শেলদি থনবীদনা শিকি, অনাগীদমক Powerনি হায়দুনা Agreement কী মতম হেল্লবনিনা রুকথংলগে মহায়বা। থজিক্তং তোং-গদৌবা উবদা Staff কী থোংতেক মিৎতাং চিনবনা চাওরবা পুম্নমক্কা হৌদোক্লবদা নিংথিজনা ছুম্বা কংদবা; তৌরোই, তৌরোই। ইরন পুথোক্লগা মীথা থাদুনা থবক তৌবা হৌনদে। লল্লোনগদৌবনি ইশানম্ন কুপি ওইজবা ইশানম্ন মহাজন ওইজবা চাবা ছুম্বা ইনিং তৌজবা অদুগীদমক্তা ছুকান অমতং ভারা লৌনবা হোৎনরি-বনিনে। লল্লোনবতনা মী ওইগদৌবনি………।

রাধেঃ—অদুদি তাদা নিংথেমগা তিন্নরিবা ঠিকা অদুদি করম তৌবা ?

ইবোঃ—থবক অদুমদি মানা থোকপা লোইশিনগ্রসম্ন ঐনা কয়া হৈনবা থবক নত্তে। অদুমা লোইগ্রগা ঐগী শেল

লোপোকহৌবা হায়বহুনি। আদ·········।

( লম্বাদা বসন্ত লাকপা উবা )

রাধে:—করিনো ?

ইবো :—আদা চংলিবসি রাজেনখোইগী ওঝা নত্রা ? (রাধেনা য়েংবা। )

রাধে :—মাম্মি।

ইবো :—অদুদি অমুক্তা কৌশিল্লুরো ' চংলো থুরো হেল্লোকপ্রগনি। ইহে থুরো ঐগা রা অমতা ঙাংনগে হায়বনি। ( রাধে খোকখিবা। ) হৌজিক কালগী ওঝাশিংসে পাউতাক থর পীদ্রবদি ······। ( ইবুংনা ওনশিন্দুনা ) মুহেন্দ্র, মুহেন্দ্র। ঐগী মোন মথাদা লুপা ৫ থক লৈবনি থরা পুথোরকউ অতুগা রাজেনসু চাক পীজবা লোইশিল্লকও। ( রাধেগা বসন্তগা চংলকপা। ) ইবুংঙোগী ফিদা অমতা থাউ। ( রাধেনা চৌকি অমা থাবা অমসুং বসন্তনাফম্বা। )

বসন্ত :—তাইবুংঙোনা কৌবিবনু করিগী ওইরবনো ?

ইবো :—অতৈ করিসু নত্তেমা ইবুংঙো, ইয়াম্বানা করিগুম্বা অমতা নিংশিংজগে তৌবনি।

বসন্ত :—করিনিনা ?

ইবো :—য়ারেৌসু করিগুম্বা অমতা তাম্নসি তৌবনি। ( রাধেদা ) হৈ: ইবুংঙোগী চুরুটকা চাগা থরা পুথোরকউ। ( রাধে চংখিব। ) অসিনিমা ইবুংঙো। ঐখোইগী ছাক্তুক্তগীসু তৌরক্লে অতুগা মমাংঙৈদগীসু তৌরক্লম্বা য়াই অদু ঙসি

ফাওবসু তৌরি। অঙাংশিংনা স্কুল চৎলু হায়রগা চৎনিংদহুনা নিংঙাই তৌরিবসিবু করিগীনো তাম্নসি তৌদনি ... ... ... ... ।

বসন্ত :—তাইবুংঙো মসি করিগীনো ঐস্তু খংদে ঐখোইস্ত তৌরকই। ইমানা কয়া পোহুনা থিল্লি, পাবুংনা কয়া ফুই অহুবু স্তুকচৎ চৎনিংদে।

ইবো :—হোইনে মাসি ইয়াম্বনা অস্তুম খনবদা মহৈ লাইরেম্বীনা ঐখোইদা তম্নহুনা কিহনবস্তু লৈত্তে লাইরিক ময়েকশিং অহুনা ঐখোইদা তম্নরকপস্তু য়াওখিদে। মাসিদা ইয়াম্বনা লানগত্রা তুক তাম্নবা হায়বহুনি। ওঝাদনা ঐখোইদা কৌহল্লকই, তম্নরকই, লংনরকই, চুমত্ররব্রানে ?

বসন্ত :—চুমই তাইবুংঙো, হয়েং নং পরাসি ফারক্তবদি চৈ মঙা স্তুনি, করি তৌরে শুপ্লাক ফারক্তবদি ফাল মথঙা লেপপু ; অহ্ম অসি চুমত্রবনিনা ময়াম ছুটি চৎপ্রবা ফাও নংদি চৎপা য়ারোই স্কুল মনুংদা লৈহৌগদৌবনি ঐনা চৌকিদারদা শিনন্নমগনি অসিনচিংবা তৌহুনা ••......... ।

ইবো :—তো, তো অহুনি, শাম্নবদা পামলিবা অমকপা য়ওদনা মিংশেলশুমলিবা পীকলিবা অঙাংশিং অহুগী মথাদা অকিবগী মমি অমা হাম্না ওঝা অহুনা তাহনবা হৌথরে। অহুনা করি তৌরি। পাম্না কবা স্তুমিৎতনা স্কুল চৎনিংই পাম্না কাদবা স্তুমিৎনা স্কুল কাও হায়বা য়াত্রে মাহুদদি য়ুমদগীস্ত নিংঙাই তৌই হায়হুনা স্তুরে অহুগা নম হাহুনা

চংহনখরে, মুখ য়োরে ওঝন। অমুকঅপুনবা শনগী মথক্তা লেন তাবদা শল অহু থাংবা ঙনদহুনা কোইচেন চেনহুনা খোৗরি কোইদংপা ঙমত্রবদা মকোক্তা লূকথহুনা থাংবগুন ওঝা অহনা লাও খোংহনা ফুবা অহুদ। নখোই ঐখোইবু ভোরক্ত্নে লাইরিক্তি য়াথনদি লাইরহুনা চৈনাখোনবু থাংবা ঙম্ব্নে? তাকপগী অদুক হায়দবা য়াদবগী হায়বনি ভাব তাবদি লাইরহুনা মিংসিনা লাইরিক ময়েকপু উরকপরনে?

বসন্ত:—অচুম্বনি তাইবুংঙো

ইবো:—অঙাংচি থমখো হৌজিক নখোই ঐখোইবু খোইদৌ শাওগংলিঙৈ মতমদা মীনা কোবা, হায়বা তানিংব্রনে? য়াথলনা অমদা থুংনা অমদা, চিন্না অমদা, থবকসি য়াদবনিদা। লৈ অমনা মহৈ অনি য়ানবসি উত্ত্রিদা।

বসন্ত:—অচুম্বনি।

ইবো:—অদুক ফাইবোক। হায়বদি মথেংনৈ মাহু চামদা। নক্তে লক্ষ্মী মঙুংদা অমকা য়াওগদ্র। মাহুস্থ কয়া নাতৈ চাদেদা ত্তিনজা লাইকম্বগুবা শুংগ্রং মাংগ্রংনগুম্বা অতৈগা থক মায়দে, ভোত্রনে?

বসন্ত:—অহোই .............। ( মুহেন্দ্রগা য়াজেনগা খোকলপা, মুহেন্দ্রনা হৌহনদা লূপ ৫ গী নোট অমা পী, ইবোহন্না লৌশিনবা।)

ইবো:—অহুনা ইবুংঙো অঙাং অসি লাইরিক তাকলিঠৈ মতমদা

মিনিট অমতা ওইরবসু লাইরিক্কুদা মপুক্কিং চংহন্নবা হোৎনবা। পরাসু খক য়ান্ন পীশিন্দবা হায়বদি "অ, আ," হায়হনা অমুক্তা লোইনা হায়হনবীদবা ময়েক অমদা নোংমা নিনি চংজসনু "অ" অহুমতা খংনবা হোৎনবীবা ......।

বসন্ত :—চুমই তাইবুংঙো। মতম চংজরবসু ময়েক অমমমদা খংনবা হোৎনবা কৈ। "অ, আ" ময়েক তরা হুমদোই, "ক,খ" ময়েক কুনতরুক অরেপ্পনি, অরেপ্পা মীবুঅচেনবা মীনা তান্নরগা শোয়দনা ফংবা ময়েকন তাবনি।

ইবো :—মন্নি মান্নি।

বসন্ত :—মাসি অঙাংশিংগী দশতসু নত্তে হৌজিক কালগী ওঝা শিংগী দশসু থরা লৈ।

ইবো :—কমদোনা ইবুংঙো ?

বসন্ত :—ফনবু ইকাইবা রানি। হৌজিক কালগী ওঝা ওইবীরিবা ইবুংঙো, ইবেম্মশিং অসিদি থোইদোক্না অঙাং তম্বীবগী ন্না লৈতে। মখোইগী মতম ঙাইহনা তলব লোনবগী অশাদনি অঙাংদি হৈনিংলগা হৈসনু হৈনিংদ্রগা তোকসনু হায়বা ঙাক্তা। অয়ুক পুং ৬ তা লাক্লে অহুদগী পুং ৮ কাওবা হুংশা য়াইহনা মখোই ওঝা ৩।৪ পুনশিন্নহনা রারি শাহনা শোরোক চৎপা মী য়েংহনা লৈরে।

ইবো :—অঃ অঃ

বসন্ত :—মরক অসিদা ঐথোইনা থরাই য়াওবা শাহনা অঙাং তম্বীরগা অঙাওবা তারে অহনা ঐখোইসু তোকম খংদ্রে।

অতুদগী সুংশা য়াইমখৈ য়াইরগা মমাই মমিং শুগাংশং শুগাংমখৈ উইরুম উইরুম তৌদুনা চংলক্লগা অশুগাংশিংদা অমুক পারা কাদে হাদুনা লাউ খোংলদুনা ফুবনে চৈবনে তৌরগা হাপনি হায়দুনা অমুক থাদোকখ্রে। অশুগাং ময়াম হাপ থোকখ্রিদ্রবদা বেঞ্চ মথক্তা শাংজ্রোং শাংনা তিন্থোক অশিবা মান মখৈ তুমদুনা লৈথোকলে অদুগী পুং তারদুনা অশুগাং ময়াম অদু চংলক্লে। ওৱাদুনা মাগী তুম্বা কায়রনি হায়দুনা অমুক অম, অনি ঈশৈ হল্লো হায়দুনা অশুগাং ময়াম অদু অমুক লাওহল্লে। অদুদদি মথং কাগী অশুগাংশিং অদুসু লাইরিক তম্বীবা য়াত্রবনিনা পুং ১১ দা ছুটি থাগদোবা অদুমা পুং ১০ দা থাদোক্লে অসুম তৌদুনা লাইরিক হায়বদু সুকতম তম্বীত্রবনি তাইবুংঙো। হৌজিকী স্কুলশিং অসিদি অশুগাং মাংহন্নবা থম্বনি হায়বদা থোইদোক্লা লাল্লরোই অদুনা এনা অসুম থনবজবদা ইডুকেসন অফিসকী ইন্সপেক্টর শুগাইবীত্রবসু ছাত্রশিংগী অহল অম্মল শিংনসু মরক ময়ক্তা স্কুলগী ওৱাশিং অসি য়েংশিনবীবা চুমগত্রা হায়না থক্তি। (য়াথেনা চা পুদুনা থোকয়রুগা বসন্তদা অমা অমসুং ইবোহনদা অমা পিবা)

ইবো :—কাম্নু কাম্নু ইবুংঙো (চা লৌদুনা বসন্তনা থকাপা।

রাজেন নং চংলমও নংগী ওৱাসু চা থকপা লোইরগা লাক্লনি। (রাজেন থোকখিবা। ইবোহনসু চা থকপা)

ইসেং মুহেন নংবু তাইবুংঙো. ইডুকেসন ডাইরেক্টরনা

অমুক্তা উন্ন'স হায়বনি। য়াম্না থুবনি হায়দুনা ঙল্লাং হায়রকপনি অমুক্তা চংলুচোদনা।

মুহেন্দ্র :—ময়ুমদরা, ওথিন্তরা ?

ইবো :—ময়ুমদনি। অমুক্তা চথোকউচো। (মুহেন্দ্র থোকখিবা) অদুনা ইবুংঙো অঙাং অসি ফুদুনা অমসুং থেংদুনা তম্বীগদোবা মতম লৈ। হায়বদি ইরোইবা হৈত্রিবা মীবু ঈশিং ইপাক অচোবা অমদা ইরোইবা তম্বীবদা হৈত্তে হায়দুনা ইয়াইদা থাদোকপীরবদি ইরাক্লবা মশানা ভাবনি। হৈত্রিবা মী অদুদি .লপ থুমদবা অথেনবা লৈরাই ময়াদা হান্না তম্বীকম থোকই। হৈরবা তুংদা লোইয়ু য়াত্রবদি কতলনি ফুবা য়াই।

বসন্ত :—অচুম্বনি তাইবুংঙো।

ইবো :—অদুনা ইবুংঙো লুপা ৫ অসি পায়সিন্নু মাসিনা মুক্তিগী পৈশা ৪।৪ গী কবোক্লা মিঠাইরা লৈদুনা ইবুংঙোনা ঐগী অঙাং রাজেন অসি থরা থরা পীজবীয়ু অদু ওইরবদি ফুলদা ইবুংঙোগী নাক্তা মুক্তিগী চংনিংগনি। মাসিনা লোইরে হায়বা মতমদা নিংশিংবীরকউ ঐ অমুক অমুক পীজগে।

বসন্ত —তাইবুংঙোগীসিসু য়াম্না ফবা পোলিসি অমনি। অদু··· তাইবুংঙো ঐসু চংচরগে ?

ইবো :—ফরে ইবুংঙো থেংপ্রগনি। সে শেল অসিগা হাপচিনখো ঐনা হায়বদু কাওবীনু। (বসন্তদা. লুপা ৫ অদু

পীবা। বসন্তনা শেল অহু লৌরগা থোকখিবা।)

রাধে :—ঐগী লৈ শাবগী অশামন হায়দছুদি……।

ইবো :—কয়ানো? থা থাগী সনা অশামনদা হায়বসিবু। নংগী সনা অশামন্দা পীবদা সনা শ.বগী ইমুংছুদি ঐখোই ইমুংনা তলব পীরেনে।

রাধে :—ঐনা কয়ারক শারছুনা নংদি শোরোক থোক্তবনিনা থংলিরোই নমান্নবগী মতু মচানা শি-চারিবশিংছু।

ইবো :—শক থীবী হন্নুবী নংনা হৌজিকপু সনা শিরগা ফজরকখিত্রা, নহা লৈশাবী ওইরকখিগাত্রাও? ফুপীগী শক ফজহনগে মগুণ লৈহনগে হায়রবদি কেবা, মৌবা শেংপা চাবা অমদি হরাও কুম্মৈদগী নশাবু কন্নবা হোৎনৌ।

রাধে :—হন্নুবী শাছুনা লৈয়ু হায়রীত্রা?

ইবো :—লৈগদৌবনি। শেংপা চাবা, কেবা-মৌবা হায়বছুদি নপামদা লৈরিবৈ পুন্সিগী য়ুমফম নোমলিবৈ, শক্তী হিদায়রিবৈ, অপাম্বা পাখং থন্নবগী শুমাং মাঙোল অনিদা পাখং কৈথেল কাহন্নবা শেংকদৌবনি, চাগদৌবনি শক শেমগদৌবনি। নধুম হেক পানবা ফুমিত্তগী পুন্নমক বন্দ ……। লৈ অসিনা চক্ষু শানা শাংপা মত্তমদা মশক ফজবনি মনম ফুংশিবনি, শাংপা লোয়বগা কন্নকপনি মনম য়াওত্রবনি মহৈ য়াল্লবনি অতগুম্না মযুম পানবদগীদি নচাগী অমসুং ইমুং মহুংগী য়ুম পান্নবগী রাখল তৌব্র-

গদৌবনি। নখোইনা নহা ওইরিবৈদা তৌরকত্রা? লৈহাও অহু ওসি হেক্লগা হয়েং চিন্নবা শাক্তোকখিনি হায়রুনা মনাল কোনশিন্দুনা থম্বদো হয়েং নোংঙাম্লগা কোনশিল্লিবা মনাহু হেক লৌথোকলুবদা লৈ অহু পুমবুম তারহুনা ফক্তৈ— অহুদগী চিনগে তৌরুবা মতমদা খ্বাই লাওনা কেনখিবদো। ফজরনিনে নংনা হৌজিক কেহুনা নেলোলকা ইন্দুনা………।

রাধে —থংলে তোক্লোলে শুকচিন চিল্লরোই শুকশেৎ-শেৎল-রোইসে। ফনেক খোংদাই অমগা শুম হেক লৈরগে লেম্লনি। মীগা শুকমান-মান্নদবসিবু………।

ইবো :—ঙাইখো জ্ঞান তাখোনে। হুপানা কেরিসিবু হুপীগীদমক্তা, হুপীনা কেরিবসি হুপাগীদমক্তা নত্তরও? নংগীদমক ঐ লৈরে ঐগীদমক নং লৈরে মসিদা কনাগীদমক অমুক কেগদৌরিবনো? সংসার অসি হুপা হুপী অনিদা নত্রা ঈশ্বরনা শেম্লম্লিবসিবু?

রাধে :—হোইনে ঐখোইদি অঙাওবীনি, জ্ঞান য়াওদবীনি।

ইবো :— হোই হোই নখোইনা ভাব তাবিরগা শোরোক চংপা পাথং মচা অরেম্বদা জেলদা পুন্সি লেম্লরেনে, থংলবরও।

রাধে :—ঐখোইনা করি তৌজরুহনা?

ইবো :—নখোইনা জ্ঞান তাবিরিবনি হায়রুনা ননাদা রোকেট অমা পাইহল্লে। নঙকশমদা হুমিংলৈ মওংনি হায়রুনা অমা হেক শাংহল্লে নপাম্বোমদা পাম্বোম কাবীনি হায়রুনা

অমা কিশিল্লে, নমিত্তনা কাজোল থাজিল্লে, কদায়দগী নো শমক্রু অমসু নথদাংদা নমশিল্লে, কক্লাংদা শুমু হাউগুম্না নমাই অহুনা পাউডরগা শ্নোগনা হাইজিল্লে, সেন্দলনি হায়হুনা বম্লুর মানবা অমা তোংশিল্লে মাহুদদি ঐ মশাইরে ফজবা হায়হুনা প্লাসটিকী বেগ মচা অমা পায়হুনা কর কর হেক হাইরহুনা শিরিবা িক অহু উনকলি হায়হুনা নেলোনগী পারবা কি অমা ইনশিল্লে, লিংলিবা টেরো-রিনগী ফুরিং অহু উনবা শেংলিবা কনেক্লা মথাদা থাদরে, তোংলিবা শেন্দল অহু উনবা খুমিং মথক খুবোম য়োনবা কনেক অহু চিংখংলে কনেক ফিবান মথাদা ক্লোকী ফিবান্না জোন জোন, মিংতা থারিবা কাজোন অহু উনবা মুপা অমতা চংপা মাদে চাগদোবগুম য়েংলিবা, চিনবানগী শমক্র অহু উনবা মুপা অউ খুদিংগী নোককেং নোককেং হেক তোরুরে ঈশং চাওরবদি তুরেল পাবা মশানা তাবনিনা হায়গুম তোগুমদবা হৌজিক কালগী ওক্তবা গুন্দানি হায়রগা হরাওবশিং অহুনা চংশিন্ কুনা ইবেম্মা নংবু নিঙোল্লা, মৌরা? মচা মন্না পাল্লবী ইবেম্মহুনা নিঙোম্নি খুম্বীরে। পাউথুম অহুনা হাকথদা খুং থানজিনবগা মান্নরে। বেশ হায়হুনা মতুং ইনরক্লে। কোম্বোং য়োরগা শল লোকউবা হজিল্লকপদা মুপাহুগা খেংনরে অহুদদি ফুনরে হাঃ কন্যা কংলে, জেন্দা চংথ্রে, হাংনরে। অসি পুন্নমক কনাগী দশনো। জর্জশিংসু

বিচার অতৈ তৌবা ভমদ্রে অসিগুম্বা মুপী মুপাগী রাথোক্তনা কোর্ট পুম্নমক পিক থদ্রে। ইম্নরজ্জেন্সিগী মত্যাংসিদা থানা ফাওবা অহিং তুম্বা শংনব্রভুনা হোম গার্ডনা মতেং পাংলবা মতমসিদ' অকেবা অকেবী থীবদা staff অমা থায়দোকত্রবদি য়াদ্রে......... ।

রাধে :—অতৌবা থরনা তৌজরগা ঐখোইশু য়াওরগদ্রা।

ইবো :—অদুবুনিনে ঐনা হায়রিবসি। নংগী সনা শারুরিবা অদুবু উপু মমুংদা লিহুনা থম্নত্র, শিনব্রা? মাহু শিরগা মীমাংদা লেম্লনিংলকপদগী চৎকম থীরকপদা লৈকাই রাথোক ওইগদৌরিবনিনে। ছোঞ্জিকপুদি শিত্রিবনিনা চৎত্রিনে...... ।

রাধে :—অদুবু মাগী মাগী পুকচেনগী মতুং ইনথনে।

ইবো :—মীওইবগী পুকচেন হায়বসে অরেপ্পা লৈতবনে ভাইহাক ভাইহাক্তা অপাইবা লৈচিনগুম্না ওনবনিনে অভাওবা নংবু।

রাধে :—নংগুম্বা মুপা ভাক্তা ভাইরবদি মণিপুরসি মুপী অমত্তা মপান থোকপা উররোই। মীগী রাথন, পুকচেন অসি অমংগা অমগা উনরম্লবদি অশেংবনি শেংদবনি হেক থংনরমগদৌবনি।

ইবো :—মীগী রাথলবু করিগী থংদনি। য়েংউ হৈ অসি মমুং মুল্লি মুন্দে হায়বসি মপানগী মকুদা থংত্রা? লৈবাকী লৈহাও চেল্লি চেন্দে হৌরকপা পাম্বীদা থংত্রা? অদুগুম্না মীওইবগী রাথলগা মপানগী মহাকী ফিজেৎ-চাক-চা অমদি

ভোথোরকপা থবক্তী মওং মতোগা য়াম্না মরি লৈনবনিনে।

রাধে :—কমদোনা থংগদোরিবা ?

ইবো :—মশাদা কেবা পামলিবহ্ন ইরাংগী রাখল লৈরি। অঙৌবদা পাম্বা মী অহুদি রাখল য়াম্না থনবা মীনি, অশংবদা পাম্বা মী অহুদি মাগী রাখল অহু মকলি, অমুবদা পাম্বা মীদি অঙাংগী রাখলগুম্বা মীনি, অঙাংবা পাম্বা মীনা মরৌ লৈ, মরাং তুরাংদি অরেপ্পা রাখল লৈতবা মীনি।

রাধে :—কেবা পামদবা মীদি ?

ইবো :—মশানা কেবা মোবা পামজদ্রবা মশাগী লৈজবা থরহুনা পেনজরবা মী অহুদি ভাংস্ন তাংই, অহুগুম্বা মী অহুদি মশাগী ওইজবা থাদোকলবা মীয়ামগীদমক্তা ফনবা থল্লবা মীনি।

রাধে :—হোই হোই শিদ-শিজররোই।

ইবো :—শেংকদোবনি শিগদোবনি। করম্বা মতমদা ? লৈরিবা ইচা ইনাও, অঙাংশিংসিগী শেম্বা লোইরবা মতুংদা। (মুহেন্দ্র চংলকপা) চংলুরব্রা ? করিগী ওইরমলে ?

মুহেন্দ্র :—ত্রেম্নিংগী………………… ।

ইবো :—ত্রেম্নিং হায়বদি ?

মুহেন্দ্র :—ডাক্তর ত্রেম্নিংগী।

ইবো :—ওঃ ওঃ অহু করি হায়রকলবা ? থাবীগে হায়রক্লব্রা ?

মুহেন্দ্র :—দরখাস্ত থাবা য়ারনি হায়।

ইবো :—অহু থাজিল্লোদনা

মুহেন্দ্র :—দরখাস্তপুদি থারনি····· ······ ।

ইবো :—অদুদা করি তৌরবা ?

মুহেন্দ্র :—সঙ্গ ফজ্রবদি করিসু থল্লকলোইনে।

ইবো :—নশানবু ইণ্টরভিউ পাস তৌরবদি করিগী খল্লোইদৌরিবা ? সঙ্গ হায়রববু মখোই ইণ্টরভিউ বোর্ডকী মীদি লোয়না খংনৈ।

মুহেন্দ্র :—খংনদুনা কায়দে। মহু'দা খনবা লোইরগা কোনা দরখাস্ত কৌবা ওইরমগনি।

ইবো :—হেরা অদুগী ওইরবদি ঐ হৌজিক লোয়না উয়রুগে দরখাস্ততুদা থাজিল্লু। খল্লগা প্রাইভেট ওইনা চৎলগা চৎরুনি। চৎলু রাধে চাক খরা শুনা থোংউ শুসিদি ঐ মী অমা অমা উনরুগে। (রাধে চংখিবা) হাকুমসু অসিদগী খন্দুনা চৎল্লে আঃ য়ৌরগা মণিপুরগী ।সট লৈরমদরে ময়াং মচা অমনা তত্নমলে মহায়বা করিনেঃ লৈবাক অসি থোংদগী তোন কাওবা মনিং মথা তম্বা স্বাধিন শাক্তা শাইগ্রে। ত্রেল্লিং চৎপা চত্তবদি লাই অসিগুম্বা মকম মরাং খংদবা অসি চুমথোকত্রবদি তুংবা হিংবা য়াননি।

মুহেন্দ্র :—কায়দে তামোনা খলালিবত্থু মসিদা য়েংলুরগা ঐখোইগী ওইজবা শিংকনি ইশা ইশাগী হিংনবা হোৎনরগা লোইরে। চিরোনগী যুগনিনা ঐখোইসু চিরোম্বা হিংনবা হোৎনবা মশানা তাবনি।

ইবো :—খংলে খংলে চংলো ঐ অমুক্তা চংথোকলুখিগে।
(ইবোহল থোকখিবা অমসুং মুহেন্দ্রসু ইমুংদা চংখিবা।)

---

# ২শুবা উৎপা

## লঙ্খী

### মতম পুং ১০ তাবা অয়ুক।

(নিংথেমগা থাবাগা বারি শাদুনা লাকপা)

থাবা :—ঐবু ওফিস্তা চংলুসি হায়রিবসিবু করিগীনোনে তাদ নিংথেম।

নিংথেম :—অতৈগী নত্তেদা ইবেম্মা। ঐথোইগী P. W. D. office তা ঠিকাদার ময়ামগা Engineer সাহেবশিংগা Tea party তৌগনি হায় মাতুদা মাগী মাগী তুপী অমমম পুনরকসি হায়নবা অতুগীদমক্তা ইবেম্মবু নেকচরিবমি।

থাবা :—অতুদি……। তাদখে ইগী ইনস্মতুদি পুবা য়াজ্রা?

নিংথেম :—হৌদোং ভুরেল কুমদবী মথোইনা ময়াম মীরক তিনবা য়াবা পোৎ নত্তে অতুগীদমক্তবু ইবেম্মা নেকচরিবনি?

থাবা :—ঐথোইসিবু তাদখোইনা মী অমকা ওইনা লৌংথানবীরিনে?

নিং :—করি রানো ইবেম্মা। হৌজিক্কী মতমদদি ইবেম্মাখোইদি তুপী অমা হায়রতু ওইবদা মতিক চারগনি। চাগেদা

হায়বদা পুশিন্নকপনা হান্নবা, তো'গেদা হান্নবদা খৌজিল-লকপনা হান্নবা নিংলক নিংলকপদা নাক-য়েং, ভুং-মাংদা কংদবা লৈত্রবা অসিদ নত্রা মীওইবনা তান্নরিবসিবু। শক কজবী সুপীদি লক্নীনিনা।

খা :—হৌজিকী মত্তমদি অচুম্বনি তাদনা হায়বিরিবহু অহুবু ঐগী শক অসি কয়া কুইনা কজনা লৈগনি সুপী ওইবীগীদি চহি ২৫ দগী লোইরেদো অহুনা ভুংগী পুজিদা করম খোক্লগদগে খল্লুবদা ওহোক্লা রাখরে।

নিং :—হৌজিক তানবা য়ারিবৈ মত্তমদা য়াবমখৈ তান্দুনা পৈশিন্দুনা থন্নগা য়ারকত্রবা মত্তমদা কায়হুনা চারগা লোইরেদনা।

খা :—শেলগী ওাক নত্তেনে তাদ নিংখেম। তানগদোবা লন অমা ইশোক শোকত্রিনে।

নিং :—শেল নত্তবা লনবু করি লৈরিবগে?

খা :—শেম্না কংবা য়াদবা লননিনে।

নিং :—শেলনবু লৈবা য়াদবা পোৎপু লৈবা হৌনদেদা লাই কাওবা লৈবা য়ারেসে।

খা :—করি লাই লৈনরগে?

নিং :—খাইরম্বন্দ সুপী কৈথেল্দা য়োল্লিবা লাই ওরেনা অচোবা মচা।

খা :—কিংগী অশাবহুবুদি) তাদনিংখেম চহিদি কনা য়ামলে জানদি ওহোক্লা তাখিত্রে। ঐনা হায়বদি ইচা……।

নিং :—অহুগী ওইরবদি নথুত্তা থোকপনি অপাম্বা হুপাদা হায়যু ইচনগী করি রাংকদগে।

থা :—যুম পাল্লগে হায়বসি ইমানা শুকয়া য়াদেনে।

নিং :—নং হেক চংথোকখিবদা মতোমতা ইচিক চিক্লা লৈগদৌবছু খল্লুবদা মুংঙাইতহুনা তৌরিবনিদনা।

থা :—মতোমতা লৈবা মুংঙাইরোই হায়হুনা অমা পুশিন্দুনা থমজরে মানা খাইনবীরে। মীগী ময়ুমদা চংচরে ঐবু কৌথোকপীররে করিনো ঐনা তৌগদৌবসিবু।

নিং :—অহুদি লুইহৈ ইবেম্মা অহুবু নংনা অঙাং পাম্নবদি নমাগী নিংবসু কাইদনবা নংগী অপাম্বসু থুংনবা ইবুং উপাই অমা তৌরগে ?

থা :—করি উপাইনিনা ?

নিং :—তাকয়েন্দা তারম্বা অহুগুম্না লম্ফেলদসু লংথোক্লম্বা অঙাংকা অমতং থেংনরবদি হেকমক পুরক্লগে নংগী নচা শকুনা য়োক্লবদি অনিমক কায়নত্রেদনা। (ইবোহল ছাটিন অমা ভুপলহুনা য়াজেনগা লাকপা।)

ইবো :—তাদা করি তৌরমলিবা ?

নিং :—ইয়াম্বা Office চংকে হায়হুনা City Bus তাইরমলিবা। ইবুংঙোদি কদায়দা চংলুরিবা ?

ইবো :—স্কুলদগী অঙাং ওকচরুরিবা।

নিং :—এঃ য়াজেন নংবু স্কুল তম্বা চংলবরও। (চংশিন্দুনা য়াজেনগী

মকোক পায়রবা।) কদায় খারা কদায় য়োরে। "অ, আ" ফারবও।

ইবো :—( রাজেন্দা ) থুম্মুদনা।

রাজেন :—অ, আ হেল্লে।

নিং :—এ: এ:কদায় য়োরে ? কর, কর, য়োরব্রাও।

রাজেন :—কর, কর নত্তে জর, জর নি।

থাবা :—অঙাং অসিদি ওস্থোক্লা মুংশিরেদা। ( থাবানা ইবোহনদা য়েংবা, ইবোহলনসু থাবদা য়েংবা। অনিমক মিচানবদগী ইকানহুনা লুকথবা )

নিং :—ইচাদি য়ায়া হৈর-পোৎনিনা। ( ফুরিৎখাওদগী নয়া পৈশা তরা চৎপী অমা লৌথোক্লুনা পীবা ) সেঃ সেঃ—চানা পৈহ্নুনা চাখোকো।)

ইবো :—লৌরোদনা।

রাজেন :—(নিংথেমদগী পৈশা লৌবা ) নমস্তে। ( মখুৎ অনি লোয়রবা অমসুং নিংথেমসু নমস্তে হায়রবা। )

থাবা:—(ইবোহলদা য়েংলম্নগা নোকফেৎ তৌরগা রাজেন্দা ওন্‌শিনহুনা।) আই, আই। ( বেগতগী লুপা অমা লৌথোক্লুনা রাজেন্দা পীবা রাজেন্না লৌ য়াদবা। )

ইবো :—মীনা পীরবদি লৌরোদনা।

থাবা :—করি তৌরবগে লৌরো। ( রাজেন্ন য়াদবা। )

রাজেন :—মীগী পৈশাবু পাংলো লৌবা য়াব্রা, তব্রা ?

থাবা :—মুংশিহুনা পীবনি

রাজে :—ঐগীস্থ লৈরে। (নরা লৈশা তরাহ্ উংপা:) পাবুং চংলসি।
ইবো:--চংলসি, চংলসি। চংলগে হ রত্থনা নমস্তে তৌরমল্লোদনা
রাজে:—( নিংথেমদা ) নমস্তে।
নিংথেম :—চংলোকো।
ইবো :—তাদা লৈবিহোথো।
নিংথেম :—ফনি ইবুংঙো লেংলো। ইহে ইবুংঙো মুহেন্দ্রদি করম
তৌরে ?
ইবো :—মহাক কুইররোই চংপদি শোইত্রবনি।
নিং :—করি ত্রেনিংনো, মানা হন্দক চংলিবসিবু কদাররদনো,
ইবো :—মাত্রাজদা ডাক্তর ত্রেনিংমি হায়।
নিং :—চহি করা চংকদৌরিবা ?
ইবো :—চহি ৬।
নিং :—য়ায় কুইনা, করে অহুবু ইবুংঙোনা লৈরিঙৈদা অহুরুপা
অমা পাংথোকহনহোয়রিবসি মমল রামপ্রপোৎনি।
ইবো :—লৈহনা চংহনগদোবা নস্তে তাদথোই খাইগী মতেংনা
থাবা ঊমলিবনি। মানা শ্যাম তৌররুগা ময়ামগী সেকা
তৌনহনবা হায়বহনি।
নিং :—ডাক্তর হায়বহুদি ময়ামগী সেবানি ওন্থোক্না ফগ্রবা
ত্রেনিংমি ঈশ্বরনা চানবীবা ওইসহ্।
ইবো :—চংচরে।
নিং :—ফনি ইবুংঙো। (ইবোহনা থাকাদা কোগে তৌরগা কোবা
ঊবদবা রাজেনগা চংখিবা : থাবানা মুন্না যেংদুনা লৈহোবা।)

থাবা :—( নিংথেমদা ) কনানো অসিবু ।

নিং :—য়াংথৈদা লৈবা য়াংথৈ লাকপা হায়বত্থুগী মচানিদনা ।
ময়াংথৈদদি লাকপা হায়রক্লা মতম অত্থুগী ইনাক য়ুমথা ইয়ুং অমা ওইনা কাওর্রমলিবনি । হৌজিক্কি লাকপা, লাকপী অনিমক্তা লৈথিত্রে । মখোই মচিন মনাও অনিদনি । অহল লম্বমা লেল—থুম অত্থুক হাক্লা থক্লমত্রবত্থু লৌ ইংখোলদি মতিক চানা থম্বীরমই । ময়ম ওকংদত্থু লৈকাই নম্বয়োল য়ারক্লবদা ইবোহল মচিন মনাওগী মত্তৌ অমত্তৌ হায়নরিবনি ।

থাবা :—হৌজিক্কি করি থবক তৌরিবা ?

নিং :—হৌজিক থবক করিত্থু তৌদ্রে হুকান কমগনি হায়রুনা করা হোৎনরি অহানবদা টিকা তৌরবনি অত্থু মীশী মথাদা থবক তৌদা খোকই হায়রুনা তোকখোকথরে । অমা-য়োমদত্থু য়াম্না পোংই অত্থুগা অতোপ্পা নাকল অমদত্থু য়াম্না কৈ ।

থাবা :—ঐখোইদদি তারা নিংথেমগা লোক্সনা অমুক্তা লাকখিজবা ?

নিং :—থবক অমা লৈত্থুনা চৎপা নত্তনা অরেম্বদা য়ুমদগী মপান পাংখোক খোকপা মীত্তা নত্তেনে ।

থাবা :—(য়াম্না ইকাইনা ) অমুক্তংদি পুরকউদনা ।

নিং :—নিংবু নিংলবদি খোক্লবা অমঃ লাকনি । ( Engineer সাহেব লাকপা টবা । ) ঐখোইনা চৎনবা হোৎনরিবৈত্তো সাহেবত্থু লাকলেনে । (বাবুখোন, Engineer সাহেব লাকপা)

নমস্তে।

বাবুখোন :--নমস্তে। (খাবাদা য়েংবা) তা-নিংথেমদি করি তৌবিরমগিবা ?

নিং :--ঐ ইবুংঙো উনবা চৎকে তৌরমগিবনি।

বাবুখোন :--করিগী ?

নিংথেম : -ওসি Tender লৈনে।

বা :--ওঃ ওসিগী Tender মথৈ লোইনা হয়েং য়ৈথোকপ্রবনি।

নিং :--করিগীনিনা ?

বা :--মথোই অতাংশিংনা Tender Form নম্বা ওমহৌত্রে হায় অছুনা ওসি লোইশিল্লগা হয়েং তৌবা তারে।

নিং :--ঐদি ওথোক্লা য়ানা Sample পুরকলেদা।

বা :--Sample. অছুদি Head Clerk চা থম্লবশোদনা অমুম হজং হন্দা পুবা থুদোং চাত্রবদি।

নিং :--নেক্ত নাপুরকলিবদি কদায়দগী থম্বা য়াগদগেনে ইবুংঙো। শক্তা ঊৎলগা লোয়রে। Notice তা হায়রিবা ইফি অছুদগী খরা হেল্লবস্থ য়াবিনা ?

বা :--কয়া হায়রিবা ?

নিং :--54" × 32" হায়বদি ইফি ৫৪" য়াংবা ৩২" কোনবা হায়বা ওইবমারে। মসিদগী খরা হেনবা য়রা য়াংপস্থ য়ানিনা ?

বা :--কদায়নোনে Sample অছুবু ?

(বাবুখোয়দা, থাবাবু য়েংউ হায়ছনা মখিং শক্‌না ইজিং তৌবা। বাবুখোনম্ব অান তাদনা থাবাদা য়েংবা, থাবানম্ব বাবুখোনগা

নিংথেমগা ভাংবরিবহ্ন করি পোৎনো য়েংনিংহনা বাবুখোনদা অমুক য়েং নিংথেমদা অমুক য়েং তৌহনা লৈবা অহৃগা নিংথেম্না থাবানা করি হায়রকদগে হায়হনা কিনা য়েংবা।)

নিং :--হন্দকী Tender অসিবু কয়িগীনোনে ইবুংঙো ?

বা :--( শাওনা ) করিনো তাদনিংথেম নংনা তৌরিবসিবু ঐগী Departmentঅসিবু হাংলগে তৌরব্রা ?

নিং :--করি তৌরবগে ? ( থাবা অার্ন তাদা চপ লেপ্তুনা লৈবা)

বা :--মুপীবু Sample নি হায়রিবসিবু কনানা Tender Call তৌবা য়াওরবগে ? করিনো ভাব মেনদি ইস্তা তাদনা। করেন্নবিব্রা ? ( বাবুখোনগী বা তাবদা থাবা শাওবা। )

থাবা :--করিনো তাদ নিংথেম নংনা ঐবু নমথাক তৌহনা পুরক-লিবসি, ঐবু ওক্তবী ওইনা থনব্রা খংদি নং। ( শাউনা ফেং হায়দোক্তুনা চৎথিবা।

নিং :--( থাবানা চৎথিবা মাইগৈ য়েংলগা মত্রেমত্তা শোঙ্গবা। ) থ: শেল য়ান্না মাংলেদা।

বা :---নত্তে তাদনিংথেম নংবু ভাওরব্রা ?

নিং :---হেন্না ইবুংঙো। ইবুংঙো Tender কৌবিরগা ঐঙোন্দা অঙাওবা শিবীরীবসিবু Sample অসি ফাওবা মমান্দা লুপা ৫০ পীরগা পুরককলিপোৎনি তরাই তরাইনা পুবকপোৎনত্তে।

বা :--কদায় কদায় ঐনা Tender কৌই হায়বগী প্রমান? ( নিংথেমনা থবর পুখোক্তুনা পীবা। )

নিং :--অচুবু করি হায়না ইবগে ঐখোইদি লাইরিক হৈতবনিনা অঙাংশিংবু পাহনবনি।

বা :—( মুগ্না পারগা ) মসিবু করি খবরনোনে ? ( খবর লাতোক্লা য়েংবা।)

নিং :—"খোমৌ" খবরনি করি হায়রবগেনে ইবুংঙো।

বা :—করিনোনে মসিবু ? Supply One Hundred No Widow ............... ।

নিং :—ভে', তো অচুবু লুখ্রাবী ১০০ Supply তৌ হায়বা নভ্রনে ?

বা :—( মুগ্না খনবা।) মাসি মাংখোইগী কম্পোজিটরনা শোয়বা অচুগা "খোমৌ" Editor না Prove তৌ হৌদবননি। One Hundred Number of Window Screens হায়গদবনি। হেরা মসিবু মী শিনরোইদ্রা হায়বনি। থোংনাওগী প্রাদা ১০০ হায়বদা লুখ্রাবী চামা ... ... ... ( শাওরম্বদগী নোকপা ) হাঃ হাঃ হাঃ ... ... ... ... ... ( নিংথেমম্ব নোকপা )

নিং :—হাঃ হাঃ হাঃ মী শিননি ঐদি Sample পুনবা হোৎনবদা শেনবু ওম্থোক্লা তিংব্রেদা ?

বা :—ফরে নংনা তিংব্রিবা শেন্দু ঐ হনজিনবীরগে। হৌজিক নংনা পুবকপা লুপী মচাহু কনানো ?

নিং :—হেরা থাবা জগোই শাবীবু থংব্রনে ?

বা :—মশক্তি উত্রি মমিংদি তাই অচু মযুমদা অমুক্তা পুশিনবা ওমগত্রা ?

নিং :—ইবুংঙোনবু লেংলুসি হায়রবদি হৌজিকমক্তম লেংলুসি কৈদোই হায়বগে ?

বা :—হৌজিক্তি ফক্তে নোংমা চৎলুসি।

নিং —ইবুংঙোনা শংবা মুমিত্তা ইয়াম্বগীদি বেরা লৈতে।

বা :—ফরেনে নংগী মুখ্রাবী ১০০ দু তোকলে। অসিমত্তা Tender তৌরে ... ... ... ... ... ... ... ... ... ।

( অনিমক য়েংনহনা নোকমিন্নগা চৎমিন্নখিবা )

---

# ৩ শুবা উৎপা

## য়ুম

### মুমিদাংবাইরম পুং ৬ তাবা মতম

( য়ুম অসিগী ইমুং অসি ওম্বোক্লা লুখরে অলমিরা মিংশেল চনব অমা থমই। অলমিরা অসিগী মনুংদা থোইদোপা ফিরোন থবদি উদে, ফুল গ্লাস; Cup Plate অমমুং লিকলি গ্লাসনা চিংবা পোত্তি মীনা হেক য়েংবদা উনববা মথল মথেল নাইনা থমমি। থুদা কাংথোল অমগা ফমজাও অমগমু থারি। টেবল অমগা চৌকি অমগমু লৈ, চৌকি অসিদা থুদৈ অরাংবা অমা ফিদুপ নাইনা থুপতুনা য়াম্নি অদুগা টেবল মথক্তনা হারমনিয়ম অমা লৈ। কা অসিগী ফকলাং অকোইবদা কিলম টারগী কেলেনদরনা ফক্লাং উবা ফংদনা থেংলি। কা অসিগী মনিংথংবদা থোং অমমু প্রাদারনা খনহনা লৈ। প্রাদার অসি হায়দোকুনা থাবগী মমা লৈরেল থোরকপা )

লৈরেল :—মুপী মচা! মুপী মচা! (কৌবা) কৌবা অমত্তা তাদবসিবু কদায়দা চৎখ্রিবনোনে। মুমশি ঙাইহাক্ত শংহৌ ময়াম লাকপনা হাল্লনি হায়রগা? (থাবা মপানলো-মদগী ময়েক মশোন খংদনা নাঃ নাঃ... ... ...। হায়ত্তনা ঈশৈ ঙংহ্না চংলকপা) কদায়দা চৎলুরিবনো।

থাবা :—অসিদা থবক অমা চৎলুবা।

লৈ :—ঙাইখো থাবা নংনা হন্দক তৌরিবসি করিনো?

থাবা :—করি তৌরবগে ইমা?

লৈ :—করি তৌরবগে হায়রবসিবু নংনা লিকপ্রবা চাগদৌবামক লৈরবস্থু লেক-লেক্তুনা চাবা ইবোহলবু নথল্লাই অহুক তানা লাৎলিবসিবু নংবু নরল কয়া পায়রবা মীনো। মীগী ভলব চাওনা চায়বা ইঞ্জিনিয়ার অসিবুদি পামদবা শাই। করি রাখলনো। নংনা থল্লিবসিবু? নত্তে ঐনা হায়রিবসিবু নংগী ফত্তনব্রও?

থাবা :—ইমা ঐ হৌজিক শেল পাল্লক্তরে, অচৌবা মীস্থ পামদরে অশেংবা ইরন পামজরে। ত্তেনএবা পুলি অসিদা কোংজেং কোককাইগুম ইপান থাদা হুংঙাইখোল্লরগা লৈকংথা য়্যেরকপদা মরুম থমকম লৈত্তহ্না মনজন্দা পোত্থনা চৎপগুম লেপ্তুনা লৈত্তবা মীওইবগী শরুা মরাই চাইথথরবা মাং তুং য়েংবদা কনা হয়া উরক্ত্রবদা নচা ঐবু ইমা করম য়েংগেগে।

লৈ :—অহুবু নংগী ফনবত্তা নত্রা ইমানা অসুক য়াম্না য়ানা খাগা

রাংগা চেল্লিবসিবু।

থাবা :—ইমা রারনি হায়স্তুনা থুংনা লাম্বা ফংবা অমা হেক্তা থীজরুরবনি অসিবু করি তৌরবগে ? মাস্তু মানা থোকপা লৈজগনি ইমাস্তু ইমানা থোকপা অস্তুম চেল্লু।

লৈ :—অস্তুবু অচোবা সঙ্গ তৌজো হায়বসিবু ফত্রবা রারাও।

থাবা :—অপিকপা খোংগী ঈশিংনা অচোবা ইপাক তম্বন্দি ওইথোক্তবনি ইমা। অচোবা ইপাক য়োৌড্রিঙৈ মরক্তা কংস্তুনা মাংবা শোয়দবনি।

লৈ :—অচৌবা ইপাক্তু তম্বদ: কংথিনি চিংনরিবস্তু কংদনবা ইমানা নোং ওইনা হেক চুথরবদি য়ারেদনা ?

থাবা :—নোংজু থাদদা নোং চুগদৌবনি নাকেন থাদা নোং চু হায়বা থক য়ারোইনে ইমা।

লৈঃ—অস্তুবু নংগী ইবোহল হায়বস্তুবু মতু মচাস্তু লৈ হায় অস্তুগী মথক্তা পোকমিন্নদবা মনাও অমস্তু য়োকলি হায়না তাই।

থাবা :—অস্তু করি তৌই হায়বগে ? হান্নগী স্তুপী অস্তুস্তু ঐস্তু মহাকী, ঐনা ঐনা পোকচবা ইচানা ঐ, ঐগী ইচা। মপাস্তু অমা মমাস্তু অমা। ঐগী গর্ভবু মীঙোন্দা পুহনবা য়াবা হৌনদে।

লৈ :—অদো লোক সমাজনদি হা মীগী স্তুপা মুনবী হা তুরোম্নবগী মচা হেক্তা ঙাংনবনিনে অঙাওবী নংবু।

থাবা :—কৈথেন্দা য়োনবা লাইফদিবীগুম ইমানা কোইহা হাস্তুনা য়োনবদা মীনা ওক্তবী জগোই শাবীবু হায়স্তুনা চীবোন

চীবোন ভাংনরিবা ঐখোই জাকপা উবরিনে ইমুংদা লৈথোক্না ভাংনপবা য়েংশনরবা শাহনা লৈননিখা।) ভাহনা য়েংহনা লৈগদৌবগী শরুক্তি অতোনবনদে। ভাংনগে ভাংনজরসনু ঐদি ইমানা হায়বা ইনবনে ওম্নরোই। ঐ পোকপদগী, ইমা হৌজিকমক্তি খোইদোক্না মাখা পোনদরে অহুগা তুংদা ঐগীদি কনানা?

লৈ :—অহু পুম্নমক ঐনা ফনবা শিল্লিবনি।

খা :—ইমানা শিল্লিবসি য়ামলে। ঐবু অল্লাং হুই য়োনবগুম অমরোমদা অমুক য়োন নিনি ফাদে অমুক কৌথোক অসুম তৌরকপসি খাই—য়াইকুল থুংলে অসিদগী অমুক্ত পেনজ্রবদি হন্দক্না কদোমদা য়েহলিং খাগে খল্লিবা? নংগী ইঞ্জিন্নিয়ার সাহেব অহুনবু ঐবু শোয়দনা লৌবিগদ্রাও? ইখৌ লাংলবা লম্বী চংপনা লুনা নাম্না থমজবা কনা অমত্তা কুমহজ্রবা পুম্বি অহুবু মবুক পেম্না থকপিরগা অমুকসু কুমহুনা মখোং হামজিনবগুম ফত্তবা বদনাম পীবীগে চংলকপা ভাংনি থাজোনে ইমা।

লৈ :—নংনা নিংবসু থুংলো ইবোহলছু লৈবগী লৈবা লৈরসনু অহুগা নমা ঐগী নিংবসু থুংহল্লো অহু ওইরবদি অমসু অমসু কায়জ্রে, য়ারেদনা।

খাবা :—করিনোনে ইমা। লোক অমদা কৈ অনি কুনবগী চিক্লরকপহু ইমা করম য়েংগেগে?

লৈ :—পুম্নমক ঐগী ইখৌনি, ঐনা হায়বদা ইম্নু। ঐ চংলে

ময়াম লাকখল্লা হাল্লি। ( নৈয়েৱ খোকখিবা )

থাবা :—( মতোমতা তাঙ্কবা ) ইমাগা ঐগা য়াথলঅসি য়াম্না খেন্নগদৌরি। ইমাগী শেল পাম্বগী য়াথল অসি করম তৌনা হোংহনসিবা ওহোল্লা নুংঙ্গদা। ঐবু ইমাগী ইরাং লোংউপুগী নাম্মোকহোৎলবদি তুংগীপুন্সিদা য়াম্না লেন্নর-গনি হায়রিদা ঐনা তৌগদৌবা উপায় ... ... ...। উম থুনমক য়ুম অসি থাদোক্লবা মাঙোন্দা কয়া তকশিনবা। ঐনা য়ুমসি থাদোক্লবতদা ইমাগী য়াথল হোংগনি।

( বাবুধোন চংলকপা, থাবা ইমুংদা চংগে তৌবা। )

বাবু :—ভাইখো থাবা। ( থাবা চপ লেপ্পা )

থাবা :—করি তাকপীগদৌবা ?

বাবু :—কনা কনা নৈ।

থাবা :—মী নৈ করিগী ওইরকলে ?

বাবু :—থংলে থাবা হৌজিক্তা ইম্পোলগা খেঙ্গরবা কনামতা নৈহৌদে হায়রকই অহুম নুংগী লৌশিংবা ঐবু থিংহনা থম্বা য়ারোই। ঐসি Engineer অমনি। মখোনা ইচম চম্বা মী অমা ওইনা থলগনু। ঐগু মখোইগীসিদা চংবরা মতিক চারে হায়হনা চংলকপনি অহুম মখোী মিংন্নেংঙ্গা তত্তনা হ পীজহনা ঐবু তাম্মোকখি।

থাবা :—ঐ অসিদি মপু পানগবা মীশক অমনি হায়রবদি Eng ineer সাহেবতি থংবীকমা খোকইবা !

বাবু :—থংলবসু মাহা অরামবা ওইশনি। ঐগী মহুনা থাবা

কমাগীসু ওইবা· য়ায়োই। ( থোরউপদে কপ্পিনে ইমুংদা চংগদৌবগী কাথংলকপা থাবানা চেমশিনখিহুনা থোংলোনশিনখিবা।) থোরকথো থাবা ! অত্তুগুম্না মীবু ইকাইবা পীবা হৌনদে। মংনা ঐবু অত্তুক তাথিপ্পিবগী মরম করিনো ? থোরকউনে থাবা !

থাবা :— ( ইমুংদগী ) সাহেবনা থনবিপ্পিবা পুম্নমক অরেম্বনি। অত্তু য়ৌমা লাইরিক হৈবীরগা মীগী পুকচেল থংবীত্রিবসিবু···

থাবু :— মীগী পুকচেল্দি থংবা ঙম্মী অত্তুবু নংগী পুকচেনদি থংব ঙমদেনে থাবা। মুংশিরবা জন্তুগী স্বয় তাবদা লৈথুনদা লৈবা সিজনা মাবু কাবা লাকপিবা মুপা অহুমী মমাংদা জগোই শারবগুম লাইকিদ্রবী লৌশিংনা নংগী নিংথিরবী মাইথোংগী মমাংদা মাইথিবা কল্লি। থোরকথোনে মুংশীবী নীংথীজরবী মাইথোংছ অমুক্তং য়েংলগা ঐ হনজগে।

থাবা ( ইমুংদগী ) অমুক হন্না পাউথুখজরক্লোই — লেংবীরো হায়জরিবলিমি। ( ইবোহল চংলকপা টেবলা বাবুধোন নিংবা কাইবা অমসুং য়াম্না কিনা পম্ন-বৎ থোকখিবা। ইবোহলনা য়াম্না চিংননা বাবুধোনদা য়েংহুনা লৈহৌবা। থাবাদি বাবুধোন থোকখ্রে থংদহুনা মনুংদা ঙাংদুনা লৈবা। ) হায়জরিবসিনা অরোইবনি। চানবিরগা মত্তুংদা ··· ··· ··· ·· ··· ···।

(ইবোহলনা কৌবা। )

টুরো :—থাবা ! থাবা ! থোং হাংদোকউ। ( ইবোহলগী মথোল

তাবদা থাবা য়াম্না কিংনা থোং হাংদোক্‌লা–থোরকপা)

থাবা :- -( চিংননা ) চৎপ্রব্রা চনদানদো ?

ইবো :- -কনাবুনো ?

থাবা :- -মাথোয়গী Engineer সাহেবনি হায়ব্রা করি হায়েদো ?

ইবো :- -অদু করি ভোরবগে ?

থাবা :- -আ মথোইগী ঠিকাদার শিংথেম লাকপ্রা হংবা লাকই অদু ঐনা লাক্কে হায়রগা ওাইখিনি হায়দুনা অসুম কমদুনা লৈবা অদুদা ঐনা শক মুংশিত্রদুনা ইমুংদা থোং লোনশিন্দুনা লৈথোকপা।

ইবো :—অঃ অঃ ... ... ...। (অনিমক নোকখিন্নবা ) মাসু ময়াম মীরক তিলনিংদুনা ভোজরিবনিঙ্গনা। করে থাবা ইমা কদায়দা চৎখি।

থাবা - ·ময়ামগী পোৎ লৈরুনি হায়দুনা চৎখি।

ইবো :- -অদুদি অসুম ভোরো ময়ামসু লাকলগনি। ওসি শান্ন-গদোরিবসি অচৌবা শেনকমনি অদুনা ( কুইরিৎখাওদগী লুমান্না কিদুনা সনাগীলিক ময়োম অমা পুথোরকপা ) মসি ইমাদা পীদুনা কনাদগীনো লুপা ১০০০৲ (লিশিং) অমতং থিরুদবা য়াত্রবনি।

থাবা:- অদু থরা শান্নরে ওকলে।

ইবো :- -মাংলসনু থাবা কয়া য়াম্না মাংবা ওম্বগে য়েংগে নংনা থংলিবদুনি ঐনা হেক নথোইদা চংলকপদগী তার্স পায়দুনা জল্লার হেক শান্নরকপা হুমিত্তগী ওসি ফাওবা মাংবতা

শরুক ওইরল্লিবসি লুপা লিশিং ভরাদি শুরবনি। নোংমতং নয়া পৈশা অমত্তং লোই হায়বত্থ থোকত্রিমথৈদি ঐ শান্নবা লেপ্লোই ঐগী অরৈবা মথৈ থাথিগনি। ঐগী লৈজরম্বা শেল ল্যোইখরে সুপী অভাংবী লিক-কোন শোক্লক্লবনি মসিদা নংনা ঐবু অমুক থিংবা য়াররোই।

থাবঃ:— অত্থবু মাংথিবা থরত্থ মাংজল্লসনু ... ... ।

ইবেঃ:— নত্তে থাবা নহালনা ঐদি মচিং ফত্তে জ্জার অমদি নিশাসি ভেরোই নংবু য়ুমদা চৎসি হায়বা মতমদদি য়াত্রগা ঐনা হৌজিক মাংশিল্লক্কুনা লোইশিল্লক্লবা মতমদা কনানসু ঐবু থিংবা ভরোই। কান্নদে নং মাসি শোয়দনা তোরম্মু ঐ ময়াম কৌশিল্লুথিগে (লাক অত্থ থাবাদা পীরল্লগা থোকথিবা)

থাবা :— ( মতোমতা ভাংজবা ) থিংবা য়াররোই কমদৌসিবা অমসু অমসু পুন্নমক ভেকচাক ঐভোন্দা লোয়না নমগদৌরি। ( লৈরেন ফিংনা চেনশিল্লকপা )

লৈঃ :— সুপী মচা ! সুপী মচা !

থাবাঃ— করি ভৌরে ইমা !

লৈঃ :— ভু আদা হোম গার্ডনা তান্নরিবসি উত্রা ? ( ফিসুংদগী য়ু লিক্লি লোথোক্লগা ) অসি অমুক্তা লোৎশিল্লুচো চৎলুনে।

থাবাঃ—অত্থবু কোক হুন্দোক্লম্বা য়াত্রাও ? ( লিক্লি অত্থ পুশিন্দুনা ইমুংদা চংথিবা )

লৈঃ : –( জ্ঞান তাদনা মাক্লোন্দা কাতু-কারল চৎতুনা লৈবা অমসুং মতোমতা ভাংজবা ) কুদাঙ্গদ্রোনে লোৎকদৌরিবসিবু,

চংলক্কদোরেনে ...... । ( ইমুংদা চংগে তৌবা অমহুং থাবানা হারমনিয়ম পুহুনা থোরকপা ) কদায়দনো নংনা, হৈরাং-লিঙৈদা য়ুরাংগদৌরিবসিবু ?

থাবাঃ—নংনা কদায়দা লোৎকদৌরিবনো ? চংখিদু ঐগী ইনাত্তা লোৎলোরাওনে । ( থাবানা হারমনিয়ম থম্লগা ফক অমদা ফম্লগা ঈশৈ শকপা হৌবা। লৈরেম্মা লেপ্তুনা থাবাদা মুন্না য়েংহুনা লৈবা )

## ঈশৈ

আ ! আ !! আ !!!

( আলাপ তৌরিঙৈদা হোম গার্ডময়াম চংলকপা অমহুং মখোয়সু থাবাগী ঈশৈদা মুনবা )

থাবল ঈপোমদা শাৎচবী
'ইংবা লাইজ পামজবী
কল্লক চাওবী শীঙেল-ও
পাইখ্রে নথংলেন খোইমু
থম্বাল লৈহি মীহৌবদো

আ ! আ !! আ !!!

থৌনাইদবী মালং ইথিল্দা
করি' নাওথি শারুবা
ইপান থাগী হুংভাইবা
তেন্নবা পুন্সিনি কাওব্রা
অহিং মমৈ ওইরকপদা

কায়ন মৈশা লাংলিবীও
আ ! আ !! আ !!!

( হোম গার্ডময়ামদ্ ঈশৈনা মুন্দুনা থাবাগী মনাক্তা কমথরকপা অমম্থং মাগী মাগী ফুরিৎখাওদগী অয়াও অয়াওবা শেল লোথোক্তুনা হারমনিয়ম মথক্তা থবা। লৈরেম্না ময়াম অম্থ ওক্কৎলে খংলম্বুনা ইমুংদগী য় লোথোক্লুম্বুনা গিলাস্তা থর থর হৈদুনা পীথকপা। )

হোঃ থরো কৌবী লৈমুংশি
থাজ করি' মীহৌরী
নথংলেন খোইমুনি কাওব্রা
থম্মোই রাহৈ কুমহুনা
অহিংদা লোম্না শাৎপদি
পুকচেল শেংদবিনি তাকপ্রা ?

১বা গার্ডঃ—( খুবাক খুহুনা )ইবেম্মা মথা শকখো।

২বা গার্ডঃ—( লৈরেম্দা গিলাস উৎতুনা ) ইন্দোন লৈত্রব্রা খজিক্তা হৈরকখোবা।

১বা গার্ডঃ—ইন্দোন হন্দক্তি চানবস্থ য়াওসি।

লৈরেন :— ইবুংঙোথোয়গী ডিউটি লৈরিবা নব্রা ?

২বা গার্ডঃ—ঐথোয়দি হোম গার্ডনি ডিউটিগী করিস্ম বেরা লৈতে। ইন্দোন খোইগীদা লৈরিবসিস্থ য়ুমশংবগী ডিউটি ··· ···।

১বা গার্ডঃ— ( থাবাদা ) ইবেম্মা থর শকখোনে ঐথোই ভলব কংদবনি হায়হুনা শেল পাইরম্লোইদোবা মানব্রা। ( ফুরিৎ খাউ কোইমা মাবা শেল য়াওরমদরা ) হেয়া ওসাইদা শল

ফারুবগী মপুনা হাপচিনখিবা লুপাত্থবু কদায়দা য়াওগ্র-বনোনে । ( অনিগুবা হোম গার্ডতা ওনশিন্দুনা ) ভাই, গুসাইগী শল ফাবগী শেন্দুদি ?

২বা গার্ড :--গুসাই হোবিল্ডারনা লৌগ্রবত্থদি ।

১বা গার্ড :--হেরা কদোমদগী শৎগ্রিনা মীগী অহোবদা য়েংবা হোবিল্ডারসিবু ... ... । অত্থগা গুসাই হাপখিবা অত্থদি ?

২বা গার্ড :— করম্বা শেলনো নংনা হায়রিত্থবু ?

১বা গার্ড :— হেরা গুসাই পাখং মচা অনিথক মনম নম্লুবগী অত্থবু হায়বনি ।

২বা গার্ড :--- অত্থদি হৌজিক্তা ঈশৈদা থাগ্রিবত্থদি ।

১বা গার্ড :-- ময়াম চংত্থনা অত্থক ব্লানা ফাত্থনা তানমিন্নবা শেলবু নং নতোমন্তা ইজ্জৎ লৌবা য়াব্রা । ( হারমনিয়ম মথক্তগী শেল লৌগে তৌবা, লৈরেম্না পাক লৌশিনখিবা)

লৈরেন :— করিনো ইবুঙো থাদোকগ্রবা শেলবু অমুক লৌশিনগে তৌরিবসিবু ।

১বা গার্ড :—ঈশৈ শকলিঙৈদা থাবা শেলনি ঈশৈ লোয়গ্রবদি পাম্মুব্রাও ?

লৈরেন :— দানবু অমুক হজিনবা হৌনব্রা ? থংলে ইবুঙোখোই লেংলো ।

১বা গার্ডঃ-- করিনো ইন্দোল থানাদগী শেল অমুক চাগদোবগী তৌরিবসিবু ?

লৈরেন :-- হরে মুংঙাইবীরেদা, থানাম্থ ওইত্রিবা ফি-দা হোংলিবা

নংগুম্বনসু লৈরেন ঐঙোন্দা অমুকসু চল্লাক তৌররি। সে হায়বিগে নংগুম্বা য়েংদি থম্বু থমখো থানাগী মকোক ওইরিবা তলব লিশিং লিশিং চারবা মীওইশিং ফাওবা লৈরেন ঐনা লৈত্তনা শিজিন্নরিবনি খংলব্র চংলো চংলো। নখোইনা থকথ্রিবত্তুগী পৈশা পীরম্মু নত্ত্রবদি নখোই হৌজিক মীগী ময়ুমদা য়ু থক্তুনা ঙাওশিন্নররে হায়ত্তুনা ফোনা তৌত্তুনা ফাহল্লু হায়ব্রা? (হোম গার্ড ময়াম অহু য়েংনত্তুনা লৈবা।) ঙাওশিন্নত্তুনা কান্নরোই কদায়নো লুপা অনি পীরো। পীরোই হায়রগা সেঃ (১বা গার্ডকী ফুরিং অহু লৌথোক্কদবগী হোৎনবা।) সে লৌথোকউনে।

থাবা ঃ—ইমা ফরে খিৎ থাদোকখরো তাজনিংদ্রেদা। অরেম্বা চাবা পাম্বা মীনা ইজৎ খংব্রা? (ইবোহল, নিংথেম, তোম্বা, ইবোতোম্বী চংলকপা। মখোই পুম্নমক হোম গার্ডকী মী উবদা কিহুনা চপ লেপ্পা। হোম গার্ডশিং অহুসু ময়ামহু উবদা কিহুনা য়েংনবা।)

লৈরেন ঃ—নখোই চত্ত্রবনিনা থবক থোকনবা তৌরগেকো।

নিংথেম ঃ--(ময়ামদা তপ্পপনা) থানা লৈনে। (ময়াম অহু কিবোই খংবোই তৌহুনা মমাই ওন্দুনা চেনথোকনখিবা। হোম গার্ডশিং অহুসু মখোইবু ফুনবা মী খোম্বা চৎখিবোই নিংহুনা নুংশা থীনবা।)

১বা গার্ড ঃ—ইন্দোল ঐখোই চৎচরগে ময়ামসিনা ঐখোইবু

ফুগদোবগী লুমথ্রিবসি অমুক্তা থাম্বীয়ু। (লৈরেননা মখোইশিং অহ কিরে খংলহনা।)

লৈ :—ঐনা ওসাইনা চৎলু য়াদবদগী লৈকাংগী পাখং ময়ামা নখোইবু ফুগদোবগী লুমনথরেদো হৌজিক কমদৌনি। নখোই নশাস্থু মুনম নমলে নখোই শোয়দনা ফাখিবা তাঁরে............ ।

২বা গার্ড :—উম নত্তে ইন্দোল ঐখোই মমা লোন্দা থোকপা য়ারয়োই মনিংলোমদা ইন্দোম্বা উপাই অমা তৌত্রবদি...।

লৈ :—লাকওনে লাকওনে ঐ থিন্দোক্লগে। মতুংদদি ঐখে ইদা খক লাক লাকমুকো মী ফত্তবা লৈকো।

২বা গার্ড :—লাকচররোই ইন্দোল। (লৈরেম্বা মাং থাদুনা ময়াম থোকখিবা।)

থাবা :—(মতোমতা ভাংজবা) জ্ঞান তাখিত্রবা পংলবশিং অসিনা হোম গার্ড ওইনি হায়দুনা তৌরিবসিবু মাখোইনা করিগুম্বা মতমদা লৈবাক ভাক্লরবদবু লৈবাক অসি য়ুমলৈমনা ভারু-বাক শংবগা চপ মান্নরগনি। (লৈরেনগা লোয়ননা ইবোহল, নিংথেম, তোম্বা, ইবোতোম্বী চংলকপা।)

ইবোতোম্বী :—হেরা ঐখোইদি জুরার কাবা লাক্লবনি হায়বসিদা হেক্তা পাখত্তুনা চেল্লিবনি। (ময়াম নোকপা)

লৈরেন :—নখোইনা চেনবহুদা মাখোইনা অমুক মখোইবু ফুনবা মী খোম্বা চৎপ্রবনি হায়দুনা কিখিদুনা ঐনা থিন্দোক্লু-রিবদুনি।

নিংথেম :—ইসেঃ ইসেঃ অমম্বা থাশিগী অহিং নোংস্থু মংবদা অকিবা অনি থেংগাইনবা হায়বত্থ তাথরেদনা। (অমুক হন্না ময়াম নোকমিন্নর্বা।)

লৈরেন :—সুপী মচা! ময়ামগী তাইয়ুম কি থানবা থৌরাং তৌরেদনা। (থাবানা কিদা থাবা।)

তোম্বা :—ইবেম্মা কিদা পাকপু ভাবোক য়াম্রকনি। (ময়াম কিদাদা ক্ষ্বা লৈরেম্না তাস অমগা শেল করুবা কৌতা অমগা পুথোরক্কুনা থম্বা।)

নিংথেম :—(কৌতা অত্থ মনাক্তা থম্নগা) ইম্দোলগী শোয়ম্রগা লোইরে।

লৈরেন :—নখোইগী মাংবা তোংবগী রু ঐনা উরুবা য়াব্রও ঐগী ককপা শোয়বদি কদায় য়াগদগে।

তোম্বা :—হোই নোংমদি ঐখোই ইম্দোলগী মিনাই ওইবা শোয়রোই। (ইবোহলনা থাবাদা চংলকউ হায়হুনা ইঙ্গিৎ তৌরগা ইমুংদা চংখিবা অমমুং থাবাম্থু চংখিবা।)

ইবোতোম্বী :—করম্না?

তোম্ব :—ঐখোইগী ফুরিংথাওদগী শেল ময়াম অসিবু নোংজালমদাই জুগার লোইশিল্লকপদা কদায়দা চৎখিবগে ফুরিংথাওদসু য়াওরমদে দাওক্ষমদস্থু তারমদে কনানা লৌথ্রিবনো নং থংত্রিব্রও। অসিবু থান থংন হেক্তা মতম য়োবগা শাননিংবা হেঃ জুগ্রার! হেঃ জুগ্রার!

ইবোতোম্বী :—হোইনে ওসিদি নোংস্থু চুরে নিংস্থু নিংথমলে

মমস্থ মমলে চৎলরোই হায়ত্নুা ফমত্নুা লৈবসি মতমত্নু য়োবগা খোংসি মরেং মরেং তৌরকই হকচাংসি থক থক হেক্তা ইল্লকপা। অত্নুদগী উচিন নাচিন নোং মরক্তুদ ইচোৎ চোৎমথৈ চৎলে অয়াওবা শেলস্থ মাংথ্রত্নুনা খুৎ তৎল ফাওবা য়ুমদা কোক হন্দুনা স্থুংঙাইনা চাক ঈশিং চাত্নুা তুমগেদি হায়দ্রত্নুা তু-মখৈ থোক থোক হেক উইত্নুা মীগী শাহ্নবা অত্নু য়েংত্নুা মতম লনবা ওম্বা ওন্থোক্লা কনথরে দুাবগী নিশাসি। (থাবানা লৈরেন কৌশিনখিবা।)

থাবা :—(ইমুংদগী) ইমা অমুক্শা চংলকউ। (লৈরেন চংখিবা)

নিংথেম :—অত্নবু নথোইদি অনৌবনিনা হৌজিক্তা খংলিবনি। ঐখোইদি স্থমিৎ মঙানি ফমত্নুা শাগ্নবদগী অহিং তুমদবনে চাদবনে মপান থোক্তনে অদুগী মথক্তা শেল মাংবগী স্থুংঙাইতবনে মসিনা পুল্লপ পুনখিবদগী চরম ফুনখিত্নুা লোক খুবদা রানথত্নুা ঈ ওত্নুা কয় দয়া লাক্লথ্রবা। জুবারগী কথাবু কনানা লিত্নুা লোয়গনি। অশম্বা অহল লম্মন্না হায়নরিবত্নুনি। যোং, হুরানবা, জুরার, ডাকু, শগুন, গঞ্জুরী অসিনি টাইটন (title)।

তোম্বা :—(ইমুং লোমদা মমিৎ কিরুপ কিরুপ য়েংলগা তুম্বিন্না।)

অতৈ কান্নদে, করম তৌনা ইবোহল শেংসি হান্নবা।

নিং :—নংগী চে বুট থাবত্নুদি।

তোম্বা :—ইহেঃ (ফিনুংদগী পুথোরকপা।)

নিং :—মতু পাদুরো ঐ মসি হুন্দোকগ্রগে। ( লৈরেন্না থম্বা চে অতু পুরগা নিংথেম্না মপান খোকখিবা অমসুং তোম্বনা মানা পুথোরকপা চে অতু তোংখাইরগা থম্বা, ইবোহল খোরকপা )

ইবোহল :—তাদা নিংথেমদি।

তোম্বী:— মপান খোকনি হায়তুনা হৌজিক্তা খোকখিবনি।

ইগোতে স্বী :—শান্নবা হৌদ্রিভৈদা হিদাক খর খর......।

( ইমুংদা ওনশিন্দুনা) ইন্দোল, ইন্দোল ঐখোইগী হিদাক পুথোরকওদনা ( থাবা ইমুংদগী খোরকপা )

থাবা :—ইমাদি থবক অমা চংগ্রি।

ইবোহল :—ইমা লৈত্রবদি নং পুথোরকওদনা।

থাবা :— জারসু শান্নবা মুসু থকপা করম তৌগে হায়রিবনো ? নহাসমথৈদি জার শান্নবা হৈত্তে য়ু নিশা চাদে হায়রম্বদাই হৌজিক্তা নোংম নোংমগী অসুম অসুম হেনগংলক থীংবা য়ারক্তে, পুন্নক অসিগী য়াতাকমদি ঐভোন্দা তাগদোবনি।

ইবোহল :— ঐনা জর শান্নরম, য়ু থক্লগা নংভোন্দা কনানা ভা থংদৌরিবা ?

থাব :— করম্না তারোইদৌরিবনো মশানা তাজরবা য়াকমনি। থাব মমা মচা তিন্নবদগী জার হৈরমদরা হৈরক্লে নিশা চারমদবা চারক্লে মাসিদা অমুক কজনিঙ্গাই লৈত্রবনি। মপোক কংলক্তবা হায়বসিদি অসুম পুজিগী কগদবা করিসু লৈত্রে।

ইবোহল :— থাবা ! সুপা ওইবগী সুংভাইবা হায়বসে অভৈদা

লৈরমত্রে আর নিশা জগোই-ঈশৈদা লৈয়মলে। অসিবু শোকত্রিবা মী অত্থদি মী কৌবা য়াত্রিনে। কামদে ইমা লৈত্রবম্ন নং পুখোরকউদনা।

থাবা :—য়ারয়োইদৌবনি। (মনিংখোংলোমদা লৈরেন চংলকপা উবা) ইমাম্ন লাক্লে ... ...।

ইবোহল :— হা ইমা লাক্লবরা। (লৈরেন থোরকপা)

লৈরেন :— ইবোহল সেঃ সেঃ। (ইবোহলদা শেল মুপা লিশিং অমা পীবা) অসিদগীদি হায়রক্লম্নকো। (নিংথেম চংলকপা)

ইবোতোম্বী :— অম্নক কুইনা কদায়দা চৎলুরিবনো লাকও থেং-থরেনে। (ময়াম কময়্না আর শায়বা হৌবা তোম্বনা চে তোংপা ইবোতোম্বীনা চে ফাকপা অমম্নং লৈরেনা মু লিকলি অমগা গিলাস থরগা পুখোরক্লগা থর থর হৈহুনা মখোই মরিদা পীবা মখোই মরিমক থকপা। তোম্বনা চে য়েনবা)

নিংথেম :— Blind হেক্তা তৌনসি।

ইবোতোম্বী :— অতৈদি লাইরি কয়া বোর্ডনো হায়বু হাপনখিসি।

ইবোহল :—মহৌশাগী ৫ অত্থম তৌসি। (ময়াম "কৈ, কৈ" হায়হুনা মুপা ৫/৫ বোর্ড হাপনবা। লৈরেনা চংশিন্নকুনা বোর্ডতগী মুপা ৫ লৌখৎপা)

হৈরেন :— মসি হিদাকীনি।

তোম্বা :— হেরা ইন্দোল শায়বম্ন হৌত্রি বোর্ড হাপ্নবদা হৌরি ককপনা হাল্লে।

নৈরেন : শান্নবা হোগে হৌ.হোরোই তো:কউ, ঐগী ছিদাকীনি। অহুবু লুপা ১গী মান্দা প্রাইরি লৌবদি লুপা ৫ ঐখোয়বু শিবতারে হায়রানি। দাওফমগী ককপনে চাবগী ককপনে, থাওমৈগী ককপনে। থাদা লাকপা য়েংবগী ককপনে, ভাবোক্লা ককপনে, নচা মুপীনা ককপনে ককপগী ককপা ওাক্তা ... ...।

নৈরেন :—ইবুঙো অহু য়েনা চোপথরক্লবদি তোকপীরো শান্ন-বীন্নসু নখোইগী সুংগাইনবসু হোৎনবা অহুগা অমুক চোপই হায়বনে, করিনো ... ...।

নিংথেম :–ফরে ফরে ইন্দোল মারিনবা করিনো খজিক্তংদি হান্নু মথীরা মত্তুরা ...।

নৈরেন :—করিমত্তা নৈজদরে ওমজররোই।

ইবোতোম্বী :—ইন্দোল শাওরব্রাল্লে ?

নৈরেন :—করিমত্তা শাওদে।

ইবোতোম্বী:–খংলে ইন্দোল ঐগী থাংমচাহুগা ওাম্বক্তুগা অমুক্তদি পীবীয়ু ইন্দোল শাওগে হায়রবসু কেয়ো শাওবীয়ু।

থাবা :—করি করিনো ঐ থোং লোল্লগদৌবনি লৌথোকদৌবা লৌথোকহৌরো।

ইবোতোম্বী :–ঐগীহুদা অমুক্তা পীবিরম্মু। (থাবা ইমুংদা চংখিবা)

তোম্বা :—কান্নদে বোর্ড পুথোকনরো। ( মন্নাম লুপা ৫।৫ বোর্ড হাপনবা অমমুং তোম্বনা চে য়েনবা ইবোতোম্বীনা লুপা ৫ থাদ-হুনা blind তৌবা মন্নাম অমু-মুক blind তৌনবা তোম্বনা

হাইফেৎ হাইফেৎ ময়ামগী চেনম মুম্না য়েংলগা blind লুপা ২০৲ তৌবা। নিংথেম, ইবোতোম্বী চে চিংখৎখিব.। ইবোতোম্বী off তৌবা ইবোহলদি অদুমক blind তৌবা নিংথেমসু off তৌবা ইবোহলগা তোম্বগা bl nd, blind হায়দুনা লুপা ২০।২০ থাদনবা। ইবোতোম্বনা গঞ্জ পুথোকখুনা শেখা অমসুং লৈরেন্না গঞ্জা ভাইক্কা লোয়নন টিক মচেৎ অমা মৈ থাদুনা পুথোকখুনা ইবোতোম্বীদা পীবা।)

নিংথেম:—( বোর্ডতা তাম্বিবা শেল ময়াম অদুদগী লৌখৎলগা লৈরেন কৌবা।) ইন্দোল, ইন্দোল শেল অসি লৌ ঐগী শরুক খজিক্কগা হৈরকউ অদুনা ফাগৌ অমতংগ থূম খজিক্কগা মোরোক মতেক অমতগ পীবীয়ু।

লৈরেন:—( নিংথেমগী গিলাস্তা য়ু হৈবা।) চানবদি করিসু লৈতে। ( ইবোহলগা তোম্বগা চে চিংখৎনয়মা ইবোহলনা লুপা ৮০৲ থাদবা )

তোম্বা:—সোমগীসিবু চৎপীরিব্রা?

ইবোহল:-- চৎচরি। (তোম্বা ইবোহলদা য়েংবা) নিংথেম্না য়ু গিলাস অদু পাম্বদুনা তোম্বদা পীবা)

তোম্বা:— ভাইখো খিং তৌরকখিবু। কুম্বিবাউদগী লুপা ১৬০ লোথোকখুনা ) চৎলিয়ে (থাদবা)

লৈরেন:—হন্দকী অসিদি লুপা কন য়ান্নসু তারে লুপা তরাদি ককপা য়াইদনা। (মখুৎনা লুপা ৩০ লৌখৎপা)

তোম্বা:-- ঐখোয়বু ককপদা লাইবা তারে হায়রুবু।

ইবোতোম্বী :—ককসন্থু করি তৌবগে লুপা ৫০০৲ য়োম তারবসিদা লুপা ১০ দং ককপবু হেন্না ..। (লুপা ১০ লৌখৎপা) থাবা থাবা নংগী শরুক সে লৌশিন্নোরাও নংনা থোরকপদা ঈশিং থজিত্তা পুথোরকউ। (থাবানা থোরকপা অমসুং ইবোতোম্বীদা ঈশিং পীরগা লুপা ১০ লৌবা) ইসে চিথহৌবা অমা লৈরে হুন্দক্তুগীদি হায়জররোই, ইবেম্মা হিদাক মনা মচেৎ অমতা ... ...। (থাবা চংখিবা)

ইবোহল :—মসিগী চে অসিনা সো তৌবা হৌনদে। off তৌরে।

(চে মরক্তা ইবোহলনা চে অত্ত থমজিনবা।)

নিংথেম :—(তোম্বদা) নংনা চারে থংলে চে অমুক পায়রো।

তোম্বা :—হোইদা অসুম তপ্না তপ্না শান্নসি।

নিংথেম :—মথোই অনি শান্নরগা য়ায়রব্রা ঐথোই সুম তাবোক ওইরো হায়রিব্রা? (তোম্বনা চে অমুক তোৎপা অমসুং ইবোতোম্বীনা চে ফাকুনা চে য়েনবা হৌবা ময়াম বোর্ডকা blind গা লুপা ১০। ১০ থাদবা)

থাবা :—(হিদাক মনা পুত্নুনা থোরকপা।) সে, সে, তাই-বোতোম্বী, মন্নাং মনা য়ান্না কবনি থজিত্তা হাপপুকো।

(ইবোতোম্বী হিদাক মনা লৌবা)

ইবোতোম্বী :— চিনিদি করি তৌরবা?

থাবা :— ভমত্রেদা অতুম থকও।

ইবোতোম্বী:—ইবেম্মা, ইবেম্মা-হুন্দক ঐনা চায়বদি লুপা ২০.......।

থাবা :— হায়া পীয়ুনে।

ইবোবল :—হুংবাইখিরেব। ঐখোইগী অসুম থাবগি হায়রিবাই থক-চাখিবসি হায়রবা, করিনো অমা হায়বা ভৌখিসি।

ইবোভোম্বী :—অহু ময়ামগী অহুম চংনবীরকই ঐখোইদি blind তৌরগে। (গুণ্ডা ডাকু অহু পামদুনা চিংবা)।

ইবুঙহল :—মহু blind ওইরবদি পৈশা থাদরগো।

ইবোতোম্বী :—(খেপতা বহুকা হুছনা) পৈশা য়াওরিবা মৈ অসি মুংখিদোরে অমুক্তা চিংখিলে হায়রাগি ময়ামগী অহুম চংনবীরকই।

ইবোহল :—কাংদে, খেপকা হুছনা থবাক ইপুম চংনবনি সে পোল য়াওরগা তোকলো। (ইবোতোম্বীগী মমাংদা চেং লৌখংকে তৌবা), চাইখোনে ভাই য়াওরি হায়রানি।

ইবুঙহল :—অহু য়াওরদি পোল থাদরকওনে। মসি কাগী নত্তেনে। অরবদা মরুপ মপাং-ইথা ইচা-চেংবা য়াবা খোং নত্তেনে খিংজবা মমাং ঊপগদৌরবনি।

ইবোতোম্বী :—(নিংথেমদা) অনিংথেম লুপা ৫ দা থাদরকউসে।

সিংথেম :—শামগে হায়রগা সিংখিনা মপাক্তো হায়রা কদম হেক তৌরকল্লো। পোল য়াওরগা কাহনা মরৈবু। লুপা ১০থক পুনরগা মজা সোর্ভ য়াওনি হায়বসিবু। (ইবোতোম্বী মথ শাংনা গণ্ডা চিংবা)।

ইবোতোম্বী :—(তোথদা) ভাই নং অমুক্তা থাদরকউ।

তোম্বা :—ইবোম্বা থুংবাইখিরে। মাশা হৈক শাগমিমবসে অহুমা হায়রা হেক্তা তৌবা। (গণ্ডা ডাকুকহু য়ুগা লংথোকখিবা)।

ইবোতোম্বী :—ওমত্রগা ওযদে হায়মু মীগী চিঙাকপু।
তোম্বা :—নংথোকঙবয় কমদোগে হায়বগে?
[ তোম্বা কদম তৌদুনা মুক হৌপগা ]
ইবোতোম্বী :— ভাইখোনে ভাই ওপথখোনে কিংগংনগী মরুপ কায়নরমিনে?
তোম্বা :—করি কামদবদা ওদেকতুনা তোকুদ্রোবদা।
ইবোতোম্বী :— ভাইখোনে ঐ জ্ঞান তারিনে ইবানি ফুনরগা ইবানিদমিনে নাগদ্রোবসে। সত্য ঐগী খোরগী কাংবুসে য়াম্না ভাংনবা য়ানবসিনা। ( থাবানা পায়রিবা শেল অহ্ অপ লৌদুনা ) নে লুপা ১০ blind তৌরে।
থাবা :— ভাইবোতোম্বী। মাহ্ রারোই। ( কোর্তগী থাবানা লৌথখিবা )
নিংথেম:—হন্দকী সি হেক কাস্তোক্লসি। ( মমামগী চেহ্ কাতোকপা ইবোতোম্বীগী চেহ্ ত্রি ত্রেন অমা পৈরবা )
ইবোতোম্বী :— হেরো, ছানিংথেম, করি, তৌরগী কাক্তোকপীরু-রিবনো ত্রি ত্রেনসি মাংজরেনো। নখোইমিমা হন্দকীসিদা কোক্লেগনোবরু…।
নিংথেম :— নখোলদি য়াওদনা ত্রেন তাগা করি তৌগদ্রিরিবনো?
ইবোতোম্বী :—শেল য়াওব্রবসু পোৎ য়াওরি ওসাইনা ত্রেনজগনি।
নিংথেম :— পোৎতু ওসাইনা পুথোকপগদি য়াব্রা?
ইবোতোম্বী :— ওসাইনা পুথোকপা য়ারবদি পুথোক্লগি য়াদহনা তৌরিবনি॥

তোম্বা :—য়াদবা পোৎপুদি করিগী পুরকইবা। (ইবোতোম্বীগী ফুরিৎখাওদা মখুৎ হুমজিন্দুনা ফুরিৎখাওদগী শম্বালদোং অমা পুথোরকপা]

ইবোতোম্বী :- হেন্না ভাই পুথোকপা য়াদে হায়রবমক্তদা।

[শম্বাল্দোং অহু মুন্নবা। থাবানা হোৎচিল্লকতুনা শম্বাল্দোং অহু মুনখিবা]।

থাবা :— অসিদি ভাইবোতোম্বী ঐ লৌজরগে। লুপা ২০ পীরনি।
[ইমুংদা চেনশিনখিবা]

তোম্বা :- (ইবোতোম্বীদা) নংনা চারেনে শেলশিংসে লৌশিল্লো। চে পায়রো অমুক উংহুনা লৈরহু। [ইবোতোম্বীনা চে খোমজিন্দুনা তোম্বদা পীবা তোম্বনা চে পায়বা অমমুং ইবোহলনা ফাকপা মযাম বোর্ডকা blind গা লুপা ১০'১০ থাদনবা ইবোতোম্বীগা নিংথেমগা চে চিংখৎলগা off তৌশিনখিবা তোম্বগা ইবোহলগা blind লুপা ২০। ২০ থাদনবা ৫।৩ লক blind তৌনরগা চে চিংখৎনবা। অনিমক লপা ৫০,৫০ চৎশিন্নবা ৫। ৫ লক চৎনরবা মতুংদা তোম্বনা show তৌবদা ইবোহলগীদি একা কলাস অহুগা তোম্বগী কলর গ্রাউণ্ড ওইরমহুনা তোম্বনা চাবা।]

ইবোহল :- করি দাওনো মীনা গুম্বা চে গাক্তা তাবসিবু। চেসি অমা হেক শিন্নগা লোইরে। [চে শেগাইগে তৌবা নিংথেমনা থাম্বা।]

নিংথেম :—দাও য়াত্রগা চেদা তাইনবা হৌনদে। হৌজিক কনানা লৈরুনি।

ইবোহল :- কয়ামুক য়াদবগে য়েংগে। (থাবা কৌবা) থাবা!

থাব ! হিদাক পুখোরকউ। ( তোম্বনা চে তোংতুনা ইবোতোম্বীবু ফাকহল্লগা য়েনবা মমাম blind গা বোর্ডকা লুপা ১০।১০ থাদনবা। থাবানা য়ু লিকলিগা গিলাসকা পুথুনা থোরক্লগা ইবোহলদা পীবা ইবোহলনা য়ু অহু হৈহনা থকপা থাঙ্খনা লুপা ২০ এক ইবোতোম্বীদা পীবা।)

থাব :—তাইবোতোম্বী অমুক হন্দোকপা য়াত্রবনিকো।

( ইমুংদা চংগে চৌমা )

ইবোহল :—ভাইখো থাবা। শেল থন্না পুথোরকউ।

থাব :—কদায়দগী শেল লৈরমগদগে। ঐগী লৈজবা হায়ববু লুপা ১০ মুক্তি লৈরমগত্রা।

ইবোহল :—অহুনা য়াবা নত্তে নংগী লিক-কোলশিংহু পুথোরকউ।

লৈরেন :—মাগী লিক্তি কদায়দগী লৈরগদগে নহাল মন্দোলচানা লাইথুরুম্বা চংকনি হায়হুনা রাইখিবদগী পুরক্তি। থন্না শান্নরবদি তোক্লে হয়েং অমুক শান্নবা য়াই।

ইবোহল :— লুপা মচানবু শান্নরুরগা তোকপা হৌনদেদ্রা ঐ থুনা অমুক হন্দোকপিগে হৌজিক য়াল্লিবা লৈহু পীরকউ দাওসি অমুক্লং য়াবরা য়েংখিগে।

লৈরেন :— ইসে ঐনা হায়রুসে থাজদমাক্লে লৈগিদি অরুপ্পনিনে। লুপা চেদা পীবা পোথম্লি।

ইবোহল :—ইসে মহাশদা লুপা ৩০০, চংখিবা অহুবু অরুপ্পরা ?

লৈরেন :—ঐনা হায়রুসে করিমত্তা থাজবমাক্লে, হৈঃ মুপীমচা লৈহু লোথোরকউ অমুক্তা থাজনরা য়েংহল্লু।

ইবোহল :—ভোক্লো তোক্লো লৈখোরক্লহু। তানিংথেম শেল থর থাদরকউ। ঐগী য়ুম ইংখোলন্থ ইনসি।

নিংথেম :—ঐস্নু শান্নরি।

ইবোহল :—অহু তানিংথেম পোথারো ঐখোই শান্নরগে।

তোম্বা :—ফরে পোথারো। থাদগদৌবা থাদরো নত্রবদি তোক্লসি

নিংথেম :—কয়ানো ইবুংঙোন ... ... ।

ইবোহল :—মচিৎ মচিৎ লৌবা ঙুংঙাইতে হান্না লুপা ২০০০ লিশিং অনিদং থাদবিরকউ।

নিংথেম :—চে অমতংদি ..... ।

ইবোহল :—চেদি তানিংথেম্না ফগদৌবা মওংদা ইবিরো শেলহুম হান্না পীরো শান্নবা লেপ্পা ঙুংঙাইতে। ( নিংথেম্না তন্না চংপী অনি পীবা। তোম্বনে, ইবোতোম্বিনে ইবোহলনে শান্নবা হৌবা )

নিংথেম :—হুিংৎ কয়ানি অহুগা শেন্দোয়না কয়াদা ইয়ু হান্নবগে ?

ইবোহল :—ইনিংবদা ইয়ু বেরা লৈতে। ( নিংথেম্না ফুরিংথাওদগী চেগা কলমগা লৌথোকহুনা ইবা হৌবা। মুহেন্দ্রো চংলকপা )

মুহেন্দ্রো :— তামো ! ( ইবোহল তাদবা ) তামো ! তামো ! ( ইবোহল মমিৎ উইরুম উইরুম তৌরদনা য়েংলকপা )

ইবোহল :—মকম অসিদা করি তৌবা লাক্লি মুহেন ?

মুহেন্দ্র :—তামো রাজেন্দ্র মশা ঙমদে হায়হুনা ময়াম চংহুনা হোৎনহৌই অহুগীদমক্তা পাবুংতোম্না তামো কৌরুচো হায়হুনা লাকলিবনি।

ইবোহল :—ঙসি কয়ানি গুরবা ?

মুহেন্দ্র :—ঙসি হুমনিরোম গুরে।

ইবোহল:—অদু মাইবা ডাক্তর কৌগেদি হায়দনা ঐ লাক্লগা ফগত্রা ? থংলে চৎলো মুহেন মাইবা ডাক্তর কৌরুচো।

মুহেন্দ্র :—মাইবা ডাক্তরসু লৈহৌরিবনি।

ইবোহল :-- অদুবু মাইবা ডাক্তরনা য়েংবা ঙমত্রগা ঐনা করি তৌগদৌরিবনো ?

মুহেন্দ্র :- ( মতোমতা শোঙ্গবা ) উম ঐগী তামোসি ওন্থোকপা মওং অমা তৌগ্রেদনা। ঐখোইনা থংলকপদগী জ্বার, নিশা নত্তবা সঙ্গ তৌরমদবনি অদুবু হন্দক্তি হেল্লোইনা পুবা মীগা চপ মান্নখরে··· ···।

ইবোহল :—করিনো মুহেন নংনা মুরুম মুরুম শোল্লিবদুবু ঐনা চৎলো হায়রবদি চৎলোদনা।

মুহেন্দ্র :—ঐগী ত্রেম্নিংদুসু হয়েং চৎপা তারে অদুগী মাসু তামগসি হায়দুনা পাবুংতোম্না ঙাইদুনা লৈহৌরি অদুবু ত্রেম্নিংগীদি লাইরি রাজেম্না পাবুং পাবুংদা হায়দুনা ফর ফর ওন্দুনা লৈহৌবত্ত য়েংবা ঙমদে চৎলসি তামো হয়েং কোম্না অমুক শাম্নরো।

ইবোহল :- সুংঙাইখিত্রেদা মুহেন্দ্র। নখোইনা ফন য়াম্না হায়দুনা ঐ য়ুমদুদা অমুক লাক্কদোবা লৈত্রবনিনে। মফম অসি ইয়াম্বগী স্বর্গনি। নংসু আদা লৈনিংত্রগা ঐগী ইনাক্তা লৈরোলাও।

মুহেন্দ্র :—করিনো তামোনা ভাংবীরিবহৌবু নত্তে তামোবু ভাওরবা হায়বহৌরা ?

ইবোহল :—ঐবু ভাওরবনি হায়বা হাঃ হাঃ হাঃ……।

মুহেন্দ্র :—ঐগী তামো ভাওরে মিৎকুপ অমা থানবা, মাত্রবা পুনা থমজশ্রবা রাজেনবুসু কাওখরে, অচুম্বনি ঐগী তামো ভাওরবনি; ওক্রবীগী মরুমদা নিশানা শুক্লংলবা তামোনি।

লৈরেন :—করি ইবুংঙো করি ? সেরা ঐখোয়বু পন্দুনা ভাংবীনবা পৃথীদা কনা লৈ। নচিন অহৌ থৎলুরা। (মুহেন্দ্রগী মনাক্তা চংগে তৌবা। ইবোহলনা ফুক হৌগৎতুনা লৈরেনবু ইরোক্লগা মুহেন্দ্রদা খোংপাক্তা কাওবা। মুহেন্দ্র উপ্রাক্ত তুবা মখায়া হৌগৎতুনা থাখা)

ইবোহল :— থামগনু। অহল লম্মন পুৎপাং শুনম্ব রারক্তুবা অতোম্বীগী মচা কাওখাইহৌনা হাৎকেনে।

মুহেন্দ্র :—তামো. … …।

ইবোহল :— চৎখো চৎলো নমক্তু মেংমিংদে। নম্মনসু ইপা মুনক্ত নংনসু ঐগী মুংশ্লইবদা কলাক্লি … …।

মুহেন্দ্র :-তামো ! ঐবু ফুহৌনা রারকপনিং মতিক চাননি অহৌগা তামোনা ওসি কাওবা তামোগী মাংদা কনা অমনা মমা তিন্নদবনি তারবা ওমক্তিমলি: অহৌক্ত ওসিন্নি তামোনা; ইশায় লাইনা ঐবু প্রোরম্বিরবনি…. … …।

ইবোহল :—হেয়া নংগুম্বনহৌ অমুকসু হায়রে অতোম্বীগী মচা। (মুহেন্দ্রনা হৌগৎতুনা ইবোহলগী মখোক্তা কপক্তুনা কোনবা)

মুহেন্দ্র :—তামো ! তামো ! নিশা থাদোকপীয়ু তামো।

ইবোহল :—চৎপ্রো চৎলো য়েংনিংদে হায়রমক্তদা।

( মখোংনা অমুক্তা কাওবা )

নিংথেম :— ( মুহেন্দ্রবু হোৎপা) নং তামোসি ঐখোই থেমহুনা পুরক্লগে ইবুংঙো নং চৎলমলো মীগী ময়ুম অসিদা ফজদরে।

মুহেন্দ্র :—ঐ ঙসি তামো পুদ্রিমথৈ ... ...।

নিংথেম :—অহু পুম্নমক ঐ লোইনা থংলে।

তোম্বা :—ইমুং মচুং মচিন মনাও বারকপা ঙমদবা মীগা সক তৌহুনা জ্বার শায়বা হৌনদেদা। ( তোম্বা চৎখিবা )

ইবোহল :—ঙাইখো ভাই শেল থরা লৌরগা নংনা চৎখিবা য়াত্রা।

( মচুংদগী খুরকপা )

তোম্বা :—ভাই চেনবগী য়া নত্তে অমুক কোয়া ইংনা শায়সি।

ইবোহল :—অহু লাকখোনে চেনবা য়ারোইনে ভাই। হেয়া ঙাইখো হায়রবমক্তদা অসুম চৎখিবসিমু উশিত্তরেদা। লাকখো লোয়না লৌজরোলাকখোনে। ঙাইখোনে ভাই—(তায়খিবা)।

ইবোতোম্বী :—অসি অমুক থামত্রবদি শোয়দনা লান তৌনবা তারে। ( ময়াম থোক্লখিবা অমচুং মুহেন্দ্রসু থোকখিবা )

নৈরেন :—হাৎনগে হাৎনরসমু শি-নগে শি-নরসমু। তুপীমচা চংলকলো লাকও ! (থাবাগা নৈরেনগা ফক-সুং ময়ায়া চাই-থাইরবা পুম্নমক লোয়শিন্দুনা পুশিনখিবা )

## ৪শুবা উৎপা

## লম্বী

**মতম— অয়ুক পুং ১২ রোম তাবা।**

( ধর্ম্ম ক্লিংহগা মুক্তি দেবীগা মারী শাহ্না লাকপা। )

ধর্ম্ম :-- মুক্তি! করম্ব হোনদা চেংসি হায়বগে?

মুক্তি :--ইস্কাল টোকিজদা চেংসি।

ধর্ম্ম :—করি ফিল্ম?

মুক্তি :—World by a night হায়বহ্ন য়ামা মুংঙাই হায়না তাই।

ধর্ম্ম :— মাহুক্সি য়াম্না মুংঙাইবা জাৎনি।

মুক্তি :—করম করম তৌবগে?

ধর্ম্ম :— করম তৌবা হায়ববু লোয়না শুরে চেংলগা খংগনি।

মুক্তি :— ওস্থারা শাখরে Rikshaw অমতা ভাইখিসিবা।

ধর্ম্ম :— রিক্সা তোংলগা থুনা চৌখিনি অসুম খোংনা চৎলিবা।

মুক্তি :— হোইনে হোইনে ঐঙোন্দা শেল য়াওরিদা।

ধর্ম্ম :—শেলগী য়াখি দেম ফিরায়নি। ঐনা হায়বদি অসুম মারী শাহ্না চৎপসি মুংঙাইত্র-ও?

মুক্তি :—অহু ঐদি মারেনে।

ধর্ম্ম :— মাখিরবদি মাথল চৌরিত্রিদনা?

মুক্তি :- করি মাথলবুনো?

ধর্ম্ম :-কালেনগী মুংশানা ইংবা শরৎকী থাবলনা শাবা··· ···।

মুক্তি :--হেরা ওম্বোকপা আইডিয়া অমদা পুখিরমইদ্রা। ঐখোইদি য়াম্না সিমপল ওইজবনি।

ধর্ম :-- ঐনা নহাক মথৈ থমুরিবা আশাসিদি লফুদা শিংচেপ থাবগা অমা ওইরে। ইসঃ ......। (মুকথবা)

মুক্তি :—করি তৌরবগে মুকথবীরিবহৌবু ?

ধর্ম :- করিসু তৌজদে হুংশাসি ওম্মোক্না শাথরে। (হুংলোয়রগী নিংথেম লাকপা) ইসঃ ওম্মোক্না শাথরেদা।

নিংথেম :— শারগা ছাটিন অমা পুবা য়াত্রা করি তৌরিবনো ? (নিংথেমগী মথোল তাবদা শাই লাওবা।) নত্তে নংবু কলেজদগি চম্‌না কজারদা কৈদৌবা চৎলিবনো ?

ধর্ম :- লাইব্রিক অমা য়াত্না লৈবা চৎকে তৌরিবনি।

নিংথেম :—লাইব্রিক তম্বা লোয়রগা চৎপদি য়াত্রা ? কৈ কৈ, ঐ নংহোক্না মুকথাং থাংলোই হায়রহৌনা লৈবনি অহৌবু নংনা অসুম অসুম হেক্লিরকই অসিদগীদিনে পরীক্ষা তৌরমদাইদা হা ডিস-কোলেজিয়েৎ অরে হা নন-কোলেজিয়েৎ ওইরে হায়রহৌনা ঐহোক্নগী শেল পীয় হায়বা অহৌগা পরীক্ষা য়াওবা য়াত্রে হায়রবদি থংগনি। নংবু ঐনা থবক অমা কাওবা শুহন্দনা লাইব্রিক্না তম্মু থাদোকপবু করি তৌবগী কোলেজ কাদবগী কাইন ফাওদৌরিবনো ?

ধর্ম :-অহৌবু পাবুং মুমদা নিংথিনা থাংনগদৌবা য়াবু ......।

নিংথেম মুম হায়বা লৈবরা অসী হায়বা লৈবরা থাংনিংবা মতমদা থাংগদৌবনি।

ধর্ম :-ঐনা করি করিগী শেল কয়ামুক লৌরদনা...... ?

নিংথেম :- নহাক্‌না নংনা লুপা য়াখে অমুক পুখিবত্‌দি।
ধর্ম :- অহুদি কোলেজ কানটিনগী ফুডিং ফীনি।
(মুক্তি মচিন খুমহ্‌না নোকপা)
নিংথেম :-ফুডিং ফী হায়বদি করিনো ?
ধর্ম :- কোলেজ হায়বহুদি লাইব্রিক্তা নত্তে লোইনা চাকচা য়ুথক কাওবা ভমলিবনি অহুগী ভোঙানবা ফী অমনি থংলত্রা ? হৌজিক চংলিবসিস্থ অয়েম্বদা চংপা নত্তে ভার্ণকুলর এপ্লাই তৌবা তম্নবা চংলিবনি ......।
নিংথেম :— নংনা য়ুথক তমলিছে, ভার্ণকুলর এপ্লাই তৌরিছে মীগী মমাস্থ মপাস্থ লৈজত্রবা ইবোহলগী মনাও মুহেন্দ্রনা মযুমদগী স্থকহেন হেন্দোক্তনা গভর্ণমেণ্টনা শেল পীহুনা ডাক্তর তম্বা চংখরে নংনা ......।
ধর্ম :—চুম চুমগী ভাংবীয়ু মী পল্লা থিং ভাংবীরকু হায়রমক্তেদা। পাবুংনা হেক হেক ভাংবগা ইবোহলগী লমচৎ তমজো তমজো হায়বত্থ হৌজিক্তি করি তৌরে ইবোহলগী য়া পনবদা মী পুম্নমক নাকোং মেনশিন্নরে। মতমগী খোংলৈননি পাবুং···।
নিংথেম :—মতমগী খোংলৈ ওইগে ওইয়ু কালগী সুংশিং ওইগে ওইয়ু ঐদি হায়বীরিবসিনি ঐনা হায়বা ইল্লোইদবা লৈরবদি য়ুমদা চংবীরকনু হায়রিবসিনি।( নিংথেম চংখিবা )
ধর্ম :— (মতোমতা শোঙবা) "ঐনা হায়বা ইত্রবদি য়ুমদা চংবীরকনু" ওম, ঐগী হৌজিক চংক্‌ম কদায়দনো ?

নিংবা থু দনা লৈগদবগী শক্তক্তি হেক্তা শিরুরগা লোইরে।
(চৎকে তৌবা মুক্তিনা মথুদাং পায়হ্না খাবা)।

মুক্তি :— কদায়দা শিরুদৌরিবনো ?

ধর্ম্ম :— নম্বুল তুরেলদা হেক্তা চোংথরুরগে।

মুক্তি :—অহ্বু হেক শিবা য়াব্রা ? ঐ লৈরিসিদি।

ধর্ম্ম :—চংক্ষম লৈত্রবা ঐঙোন্দা অদোম লৈরগা করি তৌগনি ?

মুক্তি :—চংক্ষম লৈত্তবহ্ ঐখোইদা লৈরবদি য়ারেদনা ?

ধর্ম্ম :—অদোমগী য়ুমদা লৈরগ মাহ্না অমুক লাইমন ওইনবনি।

মুক্তি :—ঐখোইদা লৈবা পাম্বীত্রগা মক্ষম অমদা হেক চৎমিন্নব্র গা লোইরেগনা ?

ধর্ম্ম :— চৎমিন্নবা হায়বসিবু পুকচেল লেপ্পীরব্রা হয়েং কোর্ট্টা ইশানা য়াদে হায়হ্না হুংশি লম্মন খুম্বীহ্ন। ঐবু জেলদা অরাবা পীবিগে থৌরাংবীরিব্র। ?

মুক্তি :—হুংশিববু কোর্ট্টা শাক্ষী থমখিব্রা ঐদি অপংবীসু নত্তনা।
( অনিমক নোকমিন্নধা। অবাংলোমদগী "ঐবু কনবীয়ু কনবীয়ু" হায়বা খোঞ্জেল অমা তাবা মখোই অনিমক খোঞ্জেল লাকপা মাইগৈদা হন্না য়েংবা। তোম্বগা, ইবোতোম্বীগনা ইবোহলবু শোরো শোরো লাক্‌না ইনবগা কাওবগা তৌহ্না পুরকপা )।

ইবোহল :—কনা কনানো ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু। ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু।

তোম্বা :--চৎলু হায়রবমক্তদা। ( ইবোহলদা কাওবা )

ধর্ম্ম :— করিনো মীবু ইনবনে কাওবনে তৌরিবসিবু।

ইবোতোম্বী :— ইবুংঙো মাসি অদোবোং হেনজিন্না থকচিল্লগা ঙাওশিন্নরিবনি। চৎসি য়াদদুনা চিংদুনা পুরিবসিনি।

ইবোহল :— নত্তে ইবুংঙো ধর্ম ! ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু। ঐ করি অমত্তা ঙাওদে মখোইনা ফাদুনা য়ু হৌজিন্দুনা মনম নমহল্লগা ঐবু অঙাওবনি মন্না লৌবা য়াত্রবনি হায়র্জিল্লিবনি পুম্নমক অরানবনি ঐবু হাংকে তৌরিবনি।

তোম্বা :—মানা চৎপা ঙমদদুনা ময়ুমদা থীনবীনবা পুরকলিবা ঐখোইবু মাবু হাৎকে তৌরিবনি হায়র্জিল্লেনে, অসিনি ইবুংঙো মন্না লৌনা য়াত্রবনি। সে চৎসি লাকও। মথুৎ পায়দুনা চিংবা। ইবোহলনা চৎলোইদৌবগী লাকবা। (ইবোহলগী মতুংদা ইবোতোম্বীনা কিন্না থীনবা।)

ইবোতোম্বী :—চৎলু হায়রবমক্তদা অন্নম থাওদুনা লৈবসিবু। মী লাক্লবদি ইকাই পরব-বৎ চৎলো হায়বনি। (শোর শোর লাক্লুনা চিংবা)

ইবোহল :— (ধর্মদা য়েংলগা) ইবুংঙো ইয়াম্ববু অমুক্তা কন্নুনে ! ইবুংঙো ইয়াম্ববু অমুক্তা কন্নুনে !

ধর্ম :—ময়াম অমুক্তা ঙাইবীখো।

তোম্বা :— ইবুংঙো, মাসিগী রা তারুদু। মাগী নক্লরগা ইবুংঙো চোম্লকনি। মাগী মাথা অসি অমুক্তা ইংহন্নুখিগে।

ধর্ম :- অদু মুপাসিগী ময়ুমদি থাংমৈবন্দনি অদুগা ময়াম্না বাজাররোমদা পুথিরিবসিবো কদায়দা।

তোম্বা :—করিনো ইবুংতোগী চৎকদবা অদুম চৎখো ঐখোয়দা

অমুক Argument তৌরক্লিবসিবু করিগীনো ? ইবুংঙোগী করি নথৌ লৈ। ঐখোই থকমিন চামিন্নরুবা মশেলনি অঙাওবা ইশেল ইরাইনা পো-নজনি ইবুংঙোনা করিগী য়াবিরি।

ইবোহল :-- নত্তে অরানবনি মখোইনা ঙাংলিবসি ইবুংঙো ইয়াম্ববু অমুক্তা কল্লু।

ইবোতোম্বী :-- চৎপা ঙমদহুনা তুহনা লৈরবদগী শমহুনা পুবী-রক্লগা হাৎকদোরিবনি কনবীয়ু হায়রবসিবু ( ইবোহলদা খোংপাক্লা কাওবা ইবোহল তুখিবা )।

মুক্তি :--মীবু অঙাওবনি হায়রহুনা পংকাওদা কাওবা পংফুদা ফুবসিবু ? অঙাওবহু থম্বীরমলো ঙাওদবা মথৈ চৎপিখরো করি তৌরবগে ?

তোম্বা :--করি তৌরবগে ইবুংঙো ইবেম্মা অমিমক লেংলো ঐখোইনা পুরক্লিবসি য়ু থক্তুনা ঙাওরবা মরা লৌবা য়াত্রবনি।

ধর্ম্ম :--মখোই মখোইনা খোকপা তৌহৌরসত্তু চৎসি কাম্রদে অসিগুম্বা অঙাওবা মীগা রা ঙাংনবা লেমদে। ( ধর্ম্মগা মুক্তিগা খোকখিব )।

ইবোহল :--( মথবাই শোক্লা কপ্পা ) ইবুংঙো ইয়াম্ববু অমুক্তা কল্লমখোনে। ( তোম্বগা ইবোতোম্বীগা অনিমগী নান-খোক্কদবগী হোৎনবা )।

তোম্বা :—কদায়দনো নংনা নাম্বোকতুনা চেনগদৌবা ( নাকল্গী খুগ্রী শৎতুনা উৎপা ) অসি উব্রা ? নং ঙসি লোইশিল্ল-গদৌবনি খংলব্রা চৎলুনে। ( চিংবা )।

ইবোতোম্বী :—মসি থেংন-থেংনবা মীদা রা য়াম্না ঙাংগদৌরি ব্রা ঙাংবা ঙমদনবা ময়াদা উকুল ইনশিনখিসি ঙাইখে।। ( ইবোতোম্বীনা উফুল খোমহুনা ইবোহলগী মথাদা ইনবা ইবোহলনা য়াদহুনা মগ্না চিকশিন্দুনা থাংবা। তোম্বনা ইবোহলগী মথজাইদা খুপাক্কা থাবা। )

ইবোহল :- নত্তে নখোয়না ঐবু লাক্করিবসিগী মরমবু অমুক্তা হায়খোনে ?

তোম্বা :-- মহু নংনা খংনিংলবদি হোরেন মহাবলী উমংদা নশা চনবা কোম মহুংদা হায়গদৌবনি। থেংঅনি চৎতুম চৎসি। নশানা নিংথিজনা চৎলু নত্রবদি মহাবলী ম্লোথ্রিবঙেদা নশা পোপ্পনা হানগনি। (ইবোহলবু ইনবা)

ইবোতোম্বী :-- ( ইবোহলদা কাওবদা ইবোহলন উপ্রাকননা তুবা )। চৎলু থেংখরে হায়রবমক্তদা ( মখুৎ পায়হনা চিংবা )

ইবোহল :-- নখোইনা শিংবা হেনখিদকো। ( মখা চিকপা )

তোম্বা :-- মথাস্ন চিকপা শাম্নিনে। ( হোচিল্লকতুনা কাওবা রাধে ফিংনা চেনশিল্লকপা )।

রাধে :-- করিনো করিনো তৌরিসিবু। ( রাধেনা ইবোহলবু কোনখৎপা )।

তোম্বা :-- নথুমদা পুবীরকপনি চৎলু রাদহুনা ইম্নরম্লিবনি।

কৈথেল্দা ওইরবদি চৎলো ঐখোই থেমত্নুনা পুবীরক্লগে।

ইবোহল :—রাধে ঐবু মকম অসিদা অমুক থম্লম্লগন্নু, চৎলু ঐবু শমত্নুনা পু। (ইবোহল হৌগৎপা। রাধেনা মফি ময়োল মখাই মখিং অত্নু তৈথোকপীত্নুনা শমত্নুনা পুবা।)

রাধে :—লম্বী অসিদা ইকাইত্রা?

ইবোহল :—রাধে পরবৎ চৎলু। ঐ করিমতা ইকাইদে। ইসঃ চান্নবা মরূপ শাশিন্নত্নুনা মী হাৎনবা থৌরাং তৌবা (অনিমক খোকখিবা) য়েক্লবগী লৌশিং ওম্বোক্না ভকখ্রেদা।

তোম্বা :—চেং লৈরিব্রাপ্লেদো ভাই।

ইবোতোম্বী :—চেং লৈবা লৈতবদি থমখো মীগী শেল অত্নুদি কমদৌবা ঐগীদি নহালদা চাথোকপগা থাদোকপগা লোয়খরে।

তোম্বা :— হুমিং থাবু হুইনা চাখিব্রা চেং লৈরমত্নুনা ঙসি হিংজপ্রবস্নু মতুং লৈরিনা শেনত্নুম থর হাপকনখিগদৌবনি।

তোম্বা :— অত্নুদি নং ঙাংনৌকো। (অনিমক তকশি শোন্দুনা চৎখিবা। নাকল থমদগী বাবুধোনগা লৈরেনগা চংলকপা।)

লৈরেন :--মখোই অনিসে আদা চৎলে কৌসিরা?

বাবুধোন :—কৌরুহু হোরেন লোইনা উনগদৌবা লৈরে। ঐনা শিনবা থবকপু শোয়বা হৌন্দ্রা? কান্নদে ইন্দোল ঐ রা হায়গে হোরেনদিনে অচা অথক য়াম্না থম্লমগদৌবনি ঐ হয়েংদগী জিরিদা চৎকনি অত্নুনা পুন্নমক কনবা ইন্দোলনা শিল্লমগদৌবনি।

লৈরেন :— চানবদি করি করি… … ? অহুগা মী কয়াগী… ?

বাবুধোন :- চানবদি ইন্দোলনা থংলিবহুনি অহুগা ইন্দোলখোইগী ইমুংদা মী কয়া লৈবা ঐদি ইভোমতা লাকনি।

লৈরেন :- ঐখোই ইমুং হায়রব ইমা ইচাদনি কনাসু লৈতে।

বাবু :— ( ফুরিংথাউদগী লুপা ৫০৲ লৌথোক্লুনা ) শে ইন্দোল, মাসি চানবগীদা শিল্লমগদৌবনি অহুগা ইন্দোল পেংবা অতাওবা অমতংদি য়াওহনশিনকো।

লৈরেন :—হোইনে হোইনে। শেল অহু অমুক লৌত্রবসু ইন্দোল লোয়না শিল্লগে।

বাবু :- ইন্দোলগীসিবু য়ামদে হায়রিব্রা ? বাবুধোন ঐদিনে অসুম্নকা তোবা য়াবা নত্তে য়াম্না ইকাইগনবা জাংনি। ( অমুক ফুরিংথাওদগী লুপা ৫০ অমগা হাগুনা পীবা )· সে ইন্দোল ১০০ সিনা শিনবদি ওক্লনিদনা ?

লৈরেন :—হুংঙাইখিদ্রেদা ইবুংঙো লৌত্রে শাউই কমদৌ-গবনোনে আসিবু। ( বাবুধোনগী মথুত্তগী শেল অহু লৌবা) হোরেনদি শোয়দনা লেংলকনিদনা ?

বাবু :— লাক্লবগীদমক্তা ইন্দোল্দা হায়জরিবনি।

লৈরেন :—ইবুংঙোখোই থাবু অচৌবশিংসে অসুম্না লাকনি লাকনি তাকপীরমহুনা চান-থরুবা তপ-তাবমথে লাং-শিল্লগা লাকপীদহুনা অরেম্বদা মাংহনা তোকইনে।

বাবু :—অহুদি চুম্মী ইন্দোল ঐখোয় অসিদি তম্বা ঙমদে হৌজিকমক ইথক্তা লৈবা অচৌবশিংনা থবক অহুমা চত্তবা য়াদে হায়বদা হেক্তা হৌগত্তুনা চত্তবা য়াদবনি অহুনা অসুম তৌরসি পোৎ পুন্নমক্তুনা ঐ লাক্লগা, লাংলসি ঙাইহাক্তদা লোয়না ফংবা পোৎ ভাক্তনি।

অহুগা ঈশৈদি তাদবা য়ারোইকো।

লৈরেন :—হাইমা! ঈশৈসু য়াওথিত্রা?

বাবু :—মরু ওইনা ঈশৈনিনে।

লৈরেন :—অহুদি তবলা য়ৈবা হৈবা অমা থিহৌদবা য়াদে। লেংলসি ঐখোইগী ইচেমচাহু অমুক্তা ঊনহৌগে।

বাবু :- ফনি ইন্দোল লেংলসি।

( অনিমক থোকখিবা )

## ৫শুবা উৎপা

### য়ুম

[ নুমিদাংবাইরম পুং ৫ তাবা মতম ]

( য়ুম অসিগী ইমুংদা ইবোহলনা চৌকি অমদা ফম্লহ্না টেবল মথক্তা য়ু লিকলি অমগা ঈশিং গিলাস অমগা থম্লহ্না গিলাস মচা অমদা য়ু থর থর হৈহ্না থকপা। )

ইবোহল :- রাধে! রাধে! ঐগী লিচৈ অহু থরা পুথোরকউ। অহুগা থবী অমতগা পুরকউ। ( য়ু অহু হৈ হৈহ্না থরা থরা থকপা অমসুং মতোমতা শোঞ্জবা) মরুপ শাশিন্নহ্না ঐবু হাংকে থোরাং তোবা থংলে পুম্নমক বাবুথোনগী থুজিন ঙাক্তনি। ( রাধে লিচৈগা প্লেট অমদা থবী কাংগোই থরা হাপ্তুনা পুথোরক্লগা ইবোহলদা পীবা। ইবোহলনা লৌবা।)

রাধে :- কত্তবা পোৎসি খিৎ থক্লসু হায়রমক্তদা। সুকহৈ হৈরমদবা সুকথং থংলমদবা মীনা হৈরকপা থংলকপা হায়বসিদি হেন্না খুদোংথী হায়বদো তোরেকো।

ইবোহল :-করিনো রাধে ঐনা তোবা থবক্তা নংনসু অমুক রারক্লি।

রাধে :-- রারকচবা নৎচদে করিবু কান্নবা ফংবীবগে। য়ু অহু থকলুবদগী করিসু লৈতবা মীশকশিংনা ইরাই লায়না হাংকে তোরম্লে লম্বীদা চৎপা অচৎ-অওকশিংনসু য়ু ঙাওবা মশেলনি হায়হ্না হঙোইহ্না হন্না হন্না লাউরক্তাওবদা কনানসু হন্না য়েংবিত্রিবহ্নবু মাহু থকপগী করি তোংজরিবগে?

ইবোহল :—অতু ঐনা শিরগা নংনা য়াওবিত্রা। লিচৈথু পায়রগা টেবল মথক্তগী ছুরি অতু থূপচিন্দুনা ফুরিংখাওদা হাপচিল্লগা চৎকে তৌবা)

রাধে :— ছৌজিক্লা কদায়দা অমুক চৎকদৌরিবনো? ছুরিকা পুরিবত্থুনা করি তৌনদৌরিবা?

ইবোহল :—য়েক্লবনা কোইববনিনা ইশা কননবা খুৎলাই পুদবা য়াত্রা?

রাধে :— য়েক্লবনা কোইখরে থংলবদি চৎথোকপীরম্ভু কৈদৌবগে

ইবোহল :—মফম অতু নত্তনা ঐগী পোথাকমস্থু লৈতেনে।

রাধে :— চিক্লা ইংনা পোথানবা শারিবা য়ুম অসি পোথাকম নত্রবা?

ইবোহল :—নত্রবনি, য়ুম অসিস্থু ঐগী নত্রবনি অদুগা নংনস্থু ঐবু থিংতুনা থম্লবগী পাঙ্গলস্থু লৈতে।

রাধে :— য়ুম অসিগী মপু করিগী ওইত্রবা?

ইবোহল :- থাদোকথ্রবনি।

রাধে :- অ্যারদা থাদোকখ্রবা?

ইবোহল :—থাদোকথ্রবনি।

রাধে :— সুপানা ভাওরুরবস্থু সুপী লৈরি কয়াদা থাদোক্লিবনো ঐনা শোয়দনা হন্দোকচগনি।

ইবোহল :—হাঃ হাঃ (গিলাস্তা যু থবা হৈত্থুনা থকপা) নংনা হন্দোক্কনি।

রাধে :— শোয়দনা হন্দোক্কনি। কয়াদা থাদোকখিবনো?

ইবোহল :—নংনা হন্দোক্তুনা লৈজহৌরো ঐগী আশাদি অমুক তৌরুরগনু।

রাধে :— সুপীবু মপুরোইবনা রারক্কদৌবনি, মপুরোইববু ওক্তবা থবক্তগী মনাই সুপীনা কম্নবা হোৎনগদৌবনি। রাধেনা কৈদৌঙুৎদসু মপুরোইববু কননবা হোৎনবদা মায় থক লৈরোই।

ইবোহল :—নংনা ঐবু থিংবা ওমগনি।

রাধে :— ঐনা শোয়দনা থিংগনি। ( ইবোহলনা গিলাস্তা য়ু থরা হৈরগা রাধেদা পীবা। )

ইবোহল :—মাসি থকউ অহু ওইরবদি নংনা ঐবু থিংবা ওমগনি। নংনা মাসি থক্লগা সুংশিবা ঈশৈ শক্কদৌবনি ফজনা জগোই শাহুনা ইবোহনগী সুংঙাইবা আশাদা তিনগদৌবনি। সে থকউনে। ( রাধে ইবোহলদা মুন্না য়েংহনা লৈবা। ) করি তৌরে নংনা ঐবু থিংবা ওমগনি হায়বদায়। মপুরোইবনা হায়বা ইনবদনা সুপীগী লৈতেংনি হায়বহু নং নিংশিংব্রা ?

রাধে :— ( মতোমতা শোঞ্জবা। ) ঐ সোইদনা থক্কনি। ওক্তবা লম্বীদগী ইপুরোইববু কনগনি।

ইবোহল :—করি তৌরে মপুরোইবনা হায়বা ইনবী অমা ওইহনা নংনা ঐবু থিংগনি হায়বদায়। ( চৎকে তৌবা )

রাধে :— ঙাইবীথো। ( ইবোহলবু থৎপা। )

ইবোহল :—নং করিগী ঐনা হায়বা ইন্দে।

রাধে :— ঐ শোয়দনা থকনি। (ইবোহলনা য়ু য়াওবা গিলাস অহু পীবা।)

ইবোহল :—সে থকলো—। (রাধে গিলাস লৌহুনা পায়বা অমসুং থকপা ওমদবা।) থকলো কন্নি তৌরে? মসি করিমত্তা চিংনগনু মতমগী ইচেলনি; নোংজুথাদা অনৈবা, নিংথমথাদা অরুবা ঈশিং থক্কদৌরনি……।

রাধে :— মতমগী ঈচেলনি। উম অনৌবা মতমগী ঈচেন্দা শেল লংথোক্লবগী থৌরাংদি মথল মথেল য়াম্বা অহুগা অনৌবা ঈচেলগী অনৌবা মওংদা শেল তাম্নবা লম্বীদি লৈবা … … পুম্নমক ঈশ্বর নংগী খুজিল থৌরাংনি। (গিলাসকা করিগা মথুৎ লোম্নহুনা—) ঈশ্বর ইবুংঙো ননাইবু কনবীয়ুকো। মতুংগী মপোক্তদি তোল্লবী মুপীগী মপোক্তগী ননাইবু অমুক্তদি লানবীয়ুকো ইবুংঙো।

ইবোহল :—ঐনা চাল্লগা ঈশ্বরনসু চানগদৌধনি। ঐবু হাম্না পেলহল্লু মাহুত্তদা ঈশ্বরনা পেনগদৌবনি। থকচিল্লুনে। (রাধেনা ইবোহলদা য়েংলগা য়ু অহু থকপা।) থজিক্তা ওাইরে থকচিল্লু। (রাধে মুংশা শ্বর থিংহুনা থকপা। ইবোহলনা অমুক হম্না য়ু হৈবা।) অসিদংগা থকথো। (রাধে হৈরিবা য়ু অহুসু থকপা) করম তৌই নশাহু মুংঙাইরা? (রাধে ইবোহলদা মমিৎ অহু পাংবা ওম্মোই ওমদবোই য়েংবা অমসুং মশাহু

পংথরকপা।) মতম মতমগী ওইরকপা ঈচেন্দা তাওবা ঙম্বা মী অত্তবু ঈশ্বরনা হেন্না চানগদৌবনিনে রাধে।

রাধে :-- (লয়েং ফাইনা বা ঙাংবা।) হায়বা ইল্লবনিনা য়ুম অসিদগী হেন্দোকপীররোইদনা? (ইবোহলগী মখুৎ পায়দুনা চিংশিনবা।) ফমবিয়ু .চৌকিসিদা। (ইবোহল চৌকিদা ফম্বা।)

ইবোহল :—নংগী হুংশিবা ইশৈনা ঐবু পেলহললো?

রাধে :— শকনি ঐ শোয়দনা ঈশৈ শকনি।

ঈশৈ। (লয়েং ফাইনা শকপা)

হো ... ... পাইখিনু চেক্লা অকলাদগী
শান্নসি নংগা ঐগা ইতা
লৈমিন্নসি পুন্সিসি হুংঙাইনা

(ইবোহলগী মখদাং পায়দুনা মমায় ওনশিনহনবা ইবোহলনা মমায় লৈথোকপা।)

ননিং থুংদবা করিনো
রাত্তবা নতাগী পুক্লৈনি
চারখোনো ইতা নহাকপু।
অতিয়া মকোইদা য়েংহুনা
তে-তে থোংববু ইতারোই
পাইখরগে থল্লব্রানে চেক্লা-ও :
কাওজরোই পুন্সিদা নংবুতা
চানবীয়ুনে ঐবুসু নহাক্লা
থাদোকপীগদবনে লম্ফাংবা তাইবংদা।

ইবোহল :—অদুনা লোইরব্রা ?

রাধে :— লোইজরে।

ইবোহল :—মাহুনা ঐগী থাবাদগী কৈদৌঙ্গুংদা : হ্মংপা ভয়োই।
(হোগংতুনা চংকে তোবা রাধেনা তুরোই-ভায়োই ইবোহলগী মথুৎ পায়দুনা খাম্বা।) চথোকউ নংগুম্বনা ঐবু থিংবা ওবব্রা। (রাধেবু লাক্তুনা ইস্থোকপা রাধে প্রব্রাক লাওনা তুখিবা অমসুং ইবোহল থোরকপা মতম অসিদা রাজেন চংলকপা।)

রাজেন :— পাবুং! পাবুং! ঐ পারা ফারে পৈশা পীরো (ইবোহলগী ফিজি পায়বা।)

ইবোহল :—করিগী পৈশা। (রাজেনবু লাক্তুনা ইস্থোক্লম্লগা চংখিবা। রাজেন্না ইবোহল চংখিবা মাইগৈদা য়েংলগা কপ্পা অমসু' রাধে হোগংলকপা।)

রাধে :— রাজেন! রাজেন! লাও ইমাবু শমলোলাও, মফম অসিদা ইমা ইচাগী লৈফম লৈতরে। নং পাবুংগী আশা থাদোক্লে। (চংশিল্লক্তুনা রাজেনবু কোনবা) মংলানগী তাইবংদা রারীননবগীদমক্তা পোকপা মীওইবা মপোকনি। অরেপ্পা লৈতবা ঈচেম্বা মুপা ওইবগী রাখলসু তিনপ্রবদা কদায়দনো মুপী ওইবীনা হিংদুনা লৈগদোবা ... ... ...। নত্তে নত্তে ফত্তবা সঙ্গদগী কনবা রারগনি। অনেম্বা মাইগৈদা চেম্বা ঈশিংগী হৌনশানি। থিংবা ভম্নরোই, থিংবা ওম্নরোই রাজেন। নমাগী পুন্সি লোইরবনিনে রাজেন.........! (কপ্পা)

Light of

তথায়গী পোখাবা।

———

২শুবা মতাং

# অহানবা উৎপা

## য়ুম

### মতম য়াচংবা পুং ৭ লোম তাবা

(য়ুম অসিগী ইমুংদা হারমনিয়ম, তবলা মফম চানা চানা থমলি। খুদা কাংথোল অমা, ফমজাও অমসু লৈ। কমুং অনি অসি য়াম্না নাপনা লৈ। কাংখলস্থ অহনবা ভাক্তনি। খুদা কাংথোল অসিগী মনাক্তা টেবল মচা অমা অমসুং চৌকি অমসুং থাদুনা লৈ। খুদা অতুগী মনাক্তা ফক অমা থাদুনা ফক অতুগী মথক্তা থাবা মথস্তা ফমডুনা রাখল তৌডুনা লৈবমই।)

থাবা:— (মতোমতা ভা জগা।) খ গনি ভসিদি থাবাগী ইতিক খংহনগে। যু পীথকলগা মীবুস্থ হাংহনগে থোরাং তৌবা সাই। মানা কনবনা কদায় ফাও থাবানা শিংবনা কদায় ফাও হায়বতু খংহনগে। মসি পুন্নমকসি ইমানস্থ থোকহনবা ভাক্তনি। ইমাস্থ পাস্ব হেনমদ্রি থরা চোপ্পা য়াওসনু। মীগী মচা ইবোহলবু চেক লৌহন্দুনা য়ুম কৈস্থ শাহল্লে হায়রগা অমুকস্থ মানা শিন্দুনা হাত্তোক্কেস্থ হোৎনবা। ইমা নং অসিস্থ ওন্থোক্লা ফংখিদ্রবা মী অমনিকো। (মপানদগী "কনা-কনা লৈবগে" হায়দুনা কৌরকপা।) কনা কনা ওইরবনো! (মপান্দগী চাওবনা)

চাওবা :— ঐনি থাবা থোং অমুক্তা হাংদোকউ।

থাবা :— তাদ-চাওব্রা ?

চাওবা :— মান্নি ইবেম্মা। (থাবানা থোং হাংদোকপা চাওবা চংলকপ।) কনা কনা লৈ।

থাবা :— কনাসু লৈতে। (মুড়া অমা থাবা)

চাওবা :— করিনো নংনা কৌববু। (মুড়াদা ফম্বা)

থাবা :— অতৈ নত্তে তাচাওবা। (তুমিন্না হায়বা) ঙসি তাচাওবগী Duty তাদ্রা ?

চাওবা :— তাই ঐ চংলগদোবনি অতুদা নংনা কৌরমই হায়তুনা চংলকইবনি।

থাবা :— অতৈগী নত্তে তাচাওবা ঙসিদি তাচাওবখোইগী হোম গার্ড পার্টিত্ত ঐখোইগী অসোরাইদা লুমতুনা লৈবীযু শেল য়াম্না ফংগদোবা মরম অমা লৈ। ঐনা হেক লাওরকপদা ময়াম চেনশিল্লকদোবনি অতুগা ঐগী ইঙ্গিং মতুং ইন্না মী ফাগদোবনি শোয়বা য়াদেকো

চাওবা :— ফৈনে ফৈনে ফাসিনে অতুদি ঐ চংলগে মীসু ঙাইহৌরি।

থাবা :— লেংলো শোয়বা য়াদেকো। (চাওবা থোকখিবা থাবানা থোং লোনশিনবা।) অতুদি হৌজিক ঐনা কমদোবা। (লময়াইদা হঙ্গং-হন্দা চংপা) মরালগী মতিক চাবা দণ্ডি পীবদি থোইদোক্না দষ লৈরোই। ঐনা ঙসি শোয়দনা বাবুধোনগী মফম লোথোক্তুনা

জেন্দা পীগনি হে ঈশ্বর ইবুংঙো মরাংগী ম'তিক চাবা মহৈ পীবদা ননাই ঐবু তেংবাংবীয়ুকো!
( মপান্দগী লৈরেন্না কৌরকপা।)

লৈরেন :— ( মপান্দগী ) মুপীমচা থোং হাংদোকউ। ( থাবানা থোং হাংদোকপা। লৈরেন্না পোৎ ময়োম পায়দুনা বাবুধোনগা লোয়ননা চংলকপঃ।) ইবুংঙো লেংশিল-লকউ। মুপীমচা মুপীমচা নং তাইবুংঙোগী খুদা অমতা থাও। ( থাবানা মুড়া থাবা বাবুধোন্না ফম্বা।) অদুদি ইবুংঙো ফমুমউ ইন্দোল পোংচৈসি অমুক্তা থমজিল্লুখিগে। মুপীমচা নং তাইবুংঙোগী চুরুটকা থরা পুথোক্কুনা সেবা তৌ। ( লৈরেন চংখিবা।)

বাবু :— ইন্দোল ঐগী য়াওজরি। ( ফুরিৎথাওদগী চুরট লৌথোক্কুনা চম্বা।) ঙসিদি ইচঙ্গগী ঈশৈমু মতেক অমতা তাজগে লাকপনি অদুবু য়াম্না ইচন্দা অরাবা অমা ওইরগন্রা ?

থাবা :— করি রারুগদগে তাইবুংঙোখোইনা তাবীগে হায়রিবসি ইরাইবক্কুম ফবনি।

বাবু :— ঙসিদি ইন্দোলনসু চাককৌবীদুনা অহাওবা ঙাক্তা চাগদোরে অদুগী মথক্তা ইচনগী ঈশৈনগা অমুক্কা হেন্না মুংঙাইহনবীগনি তাকপীবসিদি ইচলগী নত্তে বাবুধোন ঐগী ইরাইবক ফবনি। ঙসিগী মুমিৎসিদি ঐগী পুন্সি অসিদা অমুক কাওপ্ররোই।

থাবা :— অতুদি তাইবুংঙো লেংশিনবিরমখো ঐ তাইবুংঙোগী হাননবা অমুক্তং থোং থাক্তুনা হোৎনজরুখিগে।

বাবু :— করিগী ইচম্না অতুক রানা হোৎনগদগে ইন্দোল অতুম হোৎনরসন্তু। ঐস্তু ইতোমতা তুমিন্না ফম্বা মুংঙাইতে। ইন্দোলনা থোং থাকপা হোৎনরিঙেদা তাহনবীগে হায়রবদি ঈশৈত্তম মতেক মতেক তাবা হৌরসিবা।

থাবা :— তাইবুংঙোনবু চানবীরবদি শকচগে কৈদোই হায়বগে। ( থাবানা হারমনিয়ম মমাংদা থমত্তুনা থুদা কাংথোল মমাংদা থারিবা ফক অতুদা ফমলগা ঈশৈ শকদোষগী থৌরাং তৌবা।)

বাবু :— ( মন্নুংলোমদা কৌবা।) ইন্দোল ! -ইন্দোল !

লৈরেন :— ( মন্নুংদগী থুমলকপা ) করি হায়বগে ইবুংঙো।

বাবু :— থকনবা হান্না খজিক্তা পীয়ুদনা।

লৈরেন :- ( মন্নুংদগী ) ফনি ফনি ইবুংঙো।

থাবা :— ( ঈশৈ হৌবা ) ঈশৈ।

আঃ। আঃ।। আঃ।।।

হাঃ। হাঃ।। হাঃ।।।

( লৈরেলনা গিলাস অমা থন্না য়ু পুথোরকপা অমসুং বাবুখোননা য়ুহ্ লোহুনা থকপা।)

লৈরেন :— হোরেনগী থরদি থাকসিদনা।

বাবু :— ( য়ু থকপগী খর শাংনা কামথোক্লগা ) অসিনম্ন অম্নম্ন ওকয়ে। ( গিলাস প্নশিন্দুনা নৌয়েন চংথিবা )

থাবা (— ঈশৈ শকপা ) ঈশৈ :—

নৈচিনবু তেমশিংবা নোংদোলবু চাংদম্নবা
ভকচাও থেকপা খোইমুগী জাৎনি
তাং তৌবা মিৎচি ইকাইদ্রবা নাওথেম
ভংবীরক্তম্ন ঐভোম্পা থংজয়ে। পুম্নমক।

বাবু :— বেশ! বেশ! ( থুবাক থুবা অমসুং থাবাগী মলাক্তা থুদা কাংথোলদা চংশিল্লক্তুনা ফমলবা।)

ঈশৈ :—

থাবা :— তাজনিংদে নাসিনা য়েংজনিংদে মিৎসিনা
কিজেনে থৱাংজেংবা পাখৎচৈ শাখপ্পা
কারামজাওবা নহোশা খোইথাদবা নরমচৎ
লমদনবা নহাকপু পামজদয়ে ঐহাক্তি।
( বাবুখোম্না "বেশ বেশ" লাওবা অমসুং নৌয়েন থোয়কপ্পা।)

বাবু :— ইন্দোলদি কদায়দা?

নৌয়েন :— থেংব্রবদি হুকান চংব্রনি ইন্দোল কা নৈহৌক্লগে।
( নৌয়েন চেনথিবা।)

ঈশৈ :—

থাবা :— তাহোকপীথয়ে মথংলেন, লাংথ্রী নৈহাওগী
করি পুকচেম্নো নাওখোম্নবু হুহৎপা

খাজনা মুনখিবা লাইজ থরো
থুবাক থুম্মদনি মরমচৎনি লাউরক্নু ।

বাবু :— বেশঃ বেশঃ। ( থাবাদা কোনশিল্লকপা অমসুং থাবানা কুক হৌগত্তুনা চেনখোকে ভৌবা, বাবুখোম্না থাবাগী থুজেৎদা কাবা।) কদায়দনো ঈশৈ শাৎলি । (থাবাদা কোনগে ভৌবা। থাবানা লাওবা।)

থাবা :— হো হাৎলে! হাৎলে! ( চাওবনা লুচিংহনা হোম গার্ড মরাম চেনশিল্লকপা। বাবুখোম্না থাবাবু থাপ্পোকপা।)

চাওবা :— ইবেম্মা করি ভৌরে?

থাবা :— ( বাবুখোম্না থুদোম্বী থীমুনা।) সুপা অসি কাবীয়ু! সুপা অসি কাবীয়ু!

চাওবা :— নত্তে করি ভৌরবগে হায়রবনি।

থাবা :— ঐনা অসুম কমহনা ঈশৈ ওরাইরিবৈদা কদায়দগী মুত্তাওবা সুপানো মশক মশাম্ব থৎদবা অসিনা ইমুংদা চংশিল্লক্তুনা ঐবু ইজৎ মাংহনগে ভৌরিবনি। মুত্তাওবনি চেনখিনি মাসি কাবীয়ু। ( চাওবনা বাবুখোনগী মনাক্তা চংশিন্দুনা মনম নম্নগা ওগাত্তুনা মচিন মেরবা।)

চাওবা :— হৈ সুপা লাও। যু থক্না থকচিন্নরগা হেক্তনা মীগী ইমুংদা ভাওশিন্নবা য়াত্রাও? ( বাবুখোনগী মথুং পায়হনা চিংবা ) লাওনে (নোকপা) মচুংদা ভাওরুসি লাওনে।

বাবু :— থাবা ! থাবা ! লোশিংনা শামু ফায়েদকো থাবা। হৈ কনা কনানো থাদোকউ ঐ Engineer সাহেবনি থংত্রা ?

চাওবা :— Engineer সাহেবনা যু থকলগা মীগী হুপা নহা পানবা ইমুংদা ঙাওসিন্নবা য়াত্রা ? অরেম্বদা নকোক কায়ত্থনা তোক্কনি। চংসি লাওনে। ঐখোয়না ফারিবসি Engineer সাহেব নস্তে যু থকপা ঙাও-সিন্নবা ওক্কবা মীবুনে। ( ময়াম চংহুনা বাবুধোনবু ইনবা-য়াও চিংবা-য়াও তৌবা। লৈরেন চেনশিল্লকপা।)

লৈরেন :— হুপী মচা করিনো তৌরিবসে ? ( হোম গার্ডশিং অহুদা চংশিন্দুনা।) কনা কনানো চথোকউসে। ( ময়াম অহুবু ইন্থোকউবা।)

১বা গার্ড:—করম্বা হন্থবীনো মসিবু। ( লৈরেনবু ইন্থোক্লগা ময়াম্মা বাবুধোনবু চিংহুনা পুখিবা।)

লৈরেন :— করিনো হুপীমচা নংনা তৌরিবসিবু। ( মথবাক্তা খুহুম্মা শুবা। ) নংনা ঐবু চংহাৎ হাৎলিবসিবু করিগীনো ! হানে-হৈ ওক্কবী নংবুনহৈ !

থাবা :— হাঃ হাঃ ঙকচরেদা নংনা মাংহনবীরগা মানস্থ ঐবু ওক্কবীনে হায়রিনে হো ঙকচরেদা নং নত্রও শক কজবী হুপীদি লক্মীনি হায়হুনা ঐনা অমরোমদা চংলে অমরোমদা চংলে ইততুনা মীগী ময়ুমদগী কৌথোকলবহুবু ! অহুগস্থ সিয়াঃ ঙকচরেদ ও।

লৈরেন :— মীওম্বী নংদা হেক হাংলগা লোইরে! (মুড়া পায়রহনা থাবাদা থাগদোবগী কোইতান তাম্নবা। ইবোহল ছুরি অমা পায়রহনা ইমুংদা চেনশিলকপা।)

ইবোহল :—পুন্নমক ফল্লবী নংগী খুজিন ওাক্তনি। (চেনশিললক্তুনা লৈরেন্দা ছুরিনা থানবা) ইচাক ইরন, লন-থুম পুন্নমক মাংহনবা থুম কৈ তুমহনবা, ইতু ইচা পুন্নমক মফম থংদনা মাংহনবা পুন্নমক্কী মহৈ। ... ... (লৈরেন ওঃ ওঃ হায়রহনা তুপ্পিবা।) রাংলি অমগা রাংলি (থাবা মপানলোমদা লাওহনা চেনখিবা)।

থাবা :— লৈকাই লৈকাই মী হাংলে। মী হাংলে। (ইবোহল লৈরেন্দগী ছুরি অহু শংলগা চেনখিবা)

লৈরেন :— (মকোক কাংথত্তুনা।) থাবা! থাবা! (মকোক্তু লৈবাক্তা দং লাওনা হায়থাখিবা।)

———

**Light off**

২শুবা মতাং

# অনিশুবা উৎপা

# লম্বী

## মতম অয়ুক পুং ৮।।০ রোম তাবা

(নিংথেমগা ইবোতোম্বীগা লম্বী অমমমৃদগী লাক্লগা থেংনবা )

ইবোতোম্বী :—তানিংথেম কদায়দা চৎলুরিবা ?

নিংথেম :—ঐ য়ুম শিরুরিবা ।

ইবোতোম্বী :—কনাগী য়ুম ?

নিংথেম :—ইবোলগী য়ুম।

ইবোতোম্বী :—মাদি কদোমদা হোংদোকপ্রবা ?

নিংথেম : মশা হৌজিক থিবা থংদ্রি অতুগা মাগী মুপী অঙাংসু কদায়দা চৎপ্রবনো লীবা থংদ্রে। মাগী ইমুংসে মুৎলবা হায়বতুনি। মনাও মুপা অমা ডাক্তর ভম্বা চৎখ্রিবা অতুনা ঘটনা অসি তারবদি ওস্থোক্লা মথরাই মুংঙাইরম্লরোই। নথোইসিনসু মীমুংশি থংদবা শা হায়বতুনি মীবু শেল খরা পাম্বদগী চংহাৎ হাৎকদোবগী হোৎনবা হৌজিক্তি করি থোকলে ... ... ...। (খবর য়োনবা অমা খবর খরা পায়তুনা থোরকপা।)

হোকর :— খ......খ......বর......খ......খ... ...বর... ...মী ..... মী হাৎনরে খ......খ.......বর। খো...খো

......ম্নৌ......থ......থ......বর। ইঙ্গি......নার
......অ......অ...... মা......য়ু......য়ু... ...থক্তুনা...স্নু
......স্নুপীদা ওক্তবা ল......ম...... চৎ......চৎ......চ
চ......কে ভৌবদগী ফা...... ...হুনা...লোকপ্তা...লৈ
... ...লৈ......খরে। থ......থ......বর। লৈ...
...লৈ......রেন......হা......হা...... হাৎপা মী......মী
......মী......থি......থি থিবা ফংদ্রি থ......থ...বর।
কোলেজ...কা......কা...... ...কা... ...চিন্দা......চা...
...চাঙাং......থক......থকপদা ছা... ...ছাত্রি আ...
...অ......মা......ঙাও......ঙাওহুনা থা......থানা......
গী. . . .ত. . . . তদন্তুদা লৈ . . . লৈ . . . রি . . .থ
. . . . থ . . . বর ... ... ... ।

ইবোতোম্বী ঃ—নং লোইনা পাথোরকউ অহুগা কোম্না লৈগে।

হোকর ঃ— খো . . . . খোম্নৌ থ . . . থ . . . থবর। জ্বা . . .
জ্বার ফা . . . ফা . . . ফাবা চৎপদা থা . . .থানাগী
ফু . . . ফুরিং খাউ চপ . . . চপ চপথরে। থ . .
থ . . . থবর। সা . . . সা . . . সাইদ . . . গ্লাস . .
গাড়ী . . ম . . ম . . . মুংদা . . . থেৎ . . থেৎ... ...
থেৎলুবদগী . . . . কোলেজ . . . . ব . . . বস ... ...
ড্রাই......ড্রাই......ভর......অ......অ......অমা . . . .
সস . . . সস . . . পেগু . . . তৌ . . . তৌ . . . থরে
থ . . . থ . . . বর। রেডিওদা ঈ . . . ঈ . . . শৈ

শকপদা . . . হু . . . হুপী . . . অ . . . ম . . . . মা
. . . য়া . . . রাস্থ . . . থরে। থ . . . থ . . . থবর।
( হোকর চংথিবা।)

নিংথেম :– হৌজিক থবর য়োনবনা লাউরম্বতু ননানা তারেদনা নখোয়দা ইনশিনবা হুপা ইঞ্জিন্নিয়ার অতুসু লোকপুা মাগী মহৈ চাথরেদনা শেল পাম্বা মমা লৈরেম্না ছুরি চাথরেদনা হৌজিক রাংলিবা হায়ববু মীনা ইনশিল্লকপা চংপা অচুম অরান রাখন থনবা ঙমদবা তোম্বগা নখোই অনিদা ঙাইরে মহৈ থুংদ্রিবা কুইর-রোই নখোইসু শোয়দনা ফংগনি রারুহু।

ইবোতোম্বী :–উম ঐখোয়গীসু মহৈ লাক্লবনিনে তানিংথেম। ঐখোয়না গুন্দা শারিবনি হায়হুনা মীঙোন্দা থাং উৎ, চৈ থরা শীং, মীবু থীনা হেক চৈরু তৌবহুনা হৌজিক ঐবু য়ুমদগী হেন্দোক্তুনা অতৈ লম অমদা চংপদা চিংনবা পোক্লে। মী অমনা ইচম চম্না ঐঙোন্দা য়েংবদা হেত্রৈহুনা চেল্লে। লম্বীদা মীনা রা অমত্তা হংগে হায়বদা ফুরক্কদোরমাল্লে হায়হুনা হাম্না পাথ্বংলে। তানিংথেম, ঐখোয়সে ওস্থোক্লা পংথ্রবা মীনিদা। তুংগী পুন্সিসি ওস্থোক্লা রানা লেনগদৌরি।

নিংথেম :— উম হৌজিক্তা জ্ঞান থরা থরা তারক্লত্রা ?

ইবোতোম্বী :—য়েক্লবনা কোইশ্রবা মতমদা তারকপা জ্ঞান অসিদি মংদা লাওবগুম্বন্নি ফরি তৌরুনি। থক্লুরগা নিংদোল পোমলেনে তানিংথেম।

নিংথেম :— নংনা জ্ঞান তারে হায়বসি ঐ থাজদে লাও লাও ঐগী তুং ইল্লকউ পরিক্ষা তৌহুনা য়েংগে।

ইবোতোম্বী :— করম্ তৌনা ?

নিংথেম :— ঐনা শু হায়বদা শুরিব্রা শুদ্রব্রা য়েংগদৌরিবা।

ইবোতোম্বী :— ফৈনে ফৈনে য়েংউনে। ( অনিমক থোকখিধা )



২শুবা মতাং

# অহুমশুবা উৎপা

## হোটেল

'মতম নুংথিল পুং ২ রোম তাবা

(হোটেল অসিগী মনুংদা রাজেন্না খুদৈ গমসা মচা অমা পাইরহনা টেবল চৌকিশিং অহু তৈথোকলি। তৈথোকপা লোয়রগা মীনা চা, বোরা চারগী কপ প্লেটশিং লৈরিবহু চামথোকদোবগী খোমজিল্লিরৈদা রাধেনা মোৎপ্রবা ফি অমা সেৎলগা মথুত্তা থাংজৌ অমগা থৌরি মতৎ অমগা পায় মখরাংদা ফি মচেৎ অমনা খাংচেৎ লাক্তুনা অমোৎপা ফি অমনা মকোক থুম্রহনা চংলকপা।)

রাধে :— নুপা মচা ! রাজেন !

রাজেন :— ইমা ! (চেনশিল্লক্তুনা রাধেগী মথাংদা কোনবা) ইমা নং কদায়দা চৎকদৌরিবনো ?

রাধে :— (রাজেনগী মকোক্তা নাম্বহনা) ইমা শিং চল্লুগে।

রাজেন :— ইমা ঐস্মু শিং চনবা চৎপহু য়াওগে অসিদা লৈবা অসিদি মীনা য়াম্না থীনা থীনা ছায় ওম্হোক্লা ইকাইখরে। (রাধে মমিত্তগী মপি তাবা !) হোটেল অসিদা চা থকপা চংলকপা মীশিংনা লকসু লক্লে ফুগেসু তৌই ইমা ঐদি হোটেলগী গিলাস চাম্বগী থবক অসি ওম্হোক্লা হৈনথিদ্রে। ইমা ঐ তোক্লগেবা,

ননাক্তা লৈরগে কৈদৌবগে ইমা। অহিংসিমা লৈবাক্তা থরা টেবল মথক্তা ফিস্নু অমতা য়াওদনা কাংখনস্নু খন্দনা কাং মরক্তা তুম্বসিদি ইমা সুকতুম তুম্বা য়াদে। নোংঙাল্লমদাই তুমগে তৌরিঙৈদা ঐজ্ঞানা অমুক হোগৎলো ঈশিং হোল্লো ময়াম লাক্তিঙৈদা রাইরম তৈথোক্লো অমুক হৌদোরকলে।
(রাধেনা মপি ওরো ওরো থাম্বা য়াদনা চেম্বরকপা।)
নত্তে ইমা নংনা ঐজ্ঞাগী মনাক্তা লৈরবদি লাইরিক তম্বা ফংগনি চৎলু হায়তুনা থারক্লগা তমহন্দ্রবদি করি তৌরবা ?

রাধে :— (মতোম্তা শোঞ্জবা।) ওঃ। (মথা চিকপা অমসুং মপি তৈথোকপা।) রাজেন নংবু অসিদা লৈবা রারবরনে ?

রাজেন :— ইমা ঐদি য়াম্না রাই।

রাধে :— করি তৌরুনি ইচাসিদি ঈশ্বরনা অসুম থোকউ ইমা ইচাগী লাইবক্তা তমথ্রবনি ঙসি সুমিৎ নিনিদা ঙাইরে থা ফাগদোবা অতুনা ঙসি নিনি অসিদং রারবসু রানা লৈরো রাজেন। ঙসি নিনিসি লৈরগা ইমা ইচা চারবসু চাদ্রবসু লাইরবা অরাবা অনংবগী মৈচাক্তু পুম্না থাংমিন্নরসি করি হায়বগে রাজেন।

রাজেন :— অমুক পন্দ্রবসু ঙসি চৎমিন্নবদি য়াদ্রনে ইমা ?

রাধে :— ইমানা লৈতবদগী নং ঐজ্ঞাদগী থা অমগী নংগী

তলব হান্না লৌশিল্লুরে অহুনা ঐজ্ঞাসিনা য়ায়রোই নং ইমানা হায়বসি ইল্লুনে রাজেন।

রাজেন :— ইমা ঐবু তলবকা হায়বহু চারবরনে?

রাধে :— (নোকমি নোকমি তৌহুনা।) নংনা তৌরিবসি তলব ফংলিবনিনে।

রাজেন :— তলব চারবা মীদি ফিরোল ফজবা শেংকদৌবনি অহুগা অহাও অথুম য়ান্না চা থকদৌবনি অহুগা ঐদি তলব চারগা অসুম্না করিগী লৈরিবা?

রাধে :— নংসু অসুম কুইনা থবক তৌরক্লগা শেল য়াম্না ফংলবদি ফজ-ফজবা ফি-রোল- শেং চারকদৌবনি নংদি কুইসু কুইদ্রিবৈনা শেল য়াম্না কদায়দগী ফংগদগে?

রাজেন :— অহুদি ইমা ঐ শেল য়াম্না তানখিগে অহুগা নংগীসু ফজবা ফি লৈবীগেকো।

রাধে :— ইমা শিং চম্লুখিগে নংগী হৈয়িং হেকপিরকে নং ঐজ্ঞানা হায়বা ইরম্মু ইমা থুনা লাক্লেকো (রাজেনবু চুপ্পম্নগা রাধে থোকখিবা। রাজেন্না লুথাক গিল্লাস অমসুং কপ, প্লেটশিং অহু পুশিন্দুনা চংখিবা। ককচিং High Schoolগী হেড মাষ্টর বীনো সিং চংলকপা।)

বীনো :— (চৌকিদা কুম্নগা।) ঐজ্ঞা! ঐজ্ঞা! অমুক্তা থোকপীরকউ।

বামোন :— ( থোরকপা অমসুং মনাতোন ঙংনা য়া ঙাংবা ) করি ওইরনো ইবুংঙো ?

বীনো :— চানবা অশাবা করি করি য়াওবিরিবগে ?

বামোন :— অতু কনি হানি, অনশাবদি গেচি য়াওদি।

বীনো :— য়েনশাংদি করি করি ওইরবনো ?

বামোন :— ইয়াম্বনে চাকনে মুরুম্বী থোংবনে অচিদনি।

বীনো :— ( মতোমতা শোঞবা ) খেচিত্রুবু ইয়াম্বা থোংবনে, চাকনে, মুরুম্বী থোংবনে করি হায়রিবনো ঐনা অমুক হেন্না জ্ঞান তাদরে। ( বামোম্পা ওনশিন্দুনা ) করি হায়রিবনো ঐজ্ঞা ইয়াম্বা থোংবা মুরুম্বী থোংবা হায়বসিবু।

বামোন :— মাম্নি মাম্নি হনান্নাই মুরুবী থোংবনে। ( রাজেন থোরকপা। )

বীনো :— করিনো ইবুংঙো নং ঐজ্ঞানা হায়রিবসে ?

রাজেন :— ইরোম্বা, শাক, মাইরোংবী থোংবা হায়বনি।

বীনো :— ইহে ইহে ইয়াম্বা হায়বতুনা ইরোম্বা হায়বা চাক হায়বতুনা শাক হায়রিবা মুরুম্বী হায়বতুনা মাইরোংবী হায়রি য়া ওইরে। করে করে ঐজ্ঞা থংজরে ভোকচরগে চা ওইনা থকচরগে। চা গিল্লাস অমতং পীবীয়ক ও! ( বামোনগা, রাজেনগা চংখিবা। কাওবোই শেংপা অঙাং অমা ফুরিৎ খুদাংনা সেগ্রাক য়োনা তাখৎলগা মঙক্তা লুমান অমা পুন্নতুনা চংলকপা বীনোনা য়েংলুবা। )

কাওবোই :-করিগীনো নংনা ঐঙোন্দা য়েংলিবদি।
বীনো :— ঐ ইবুংঙোদা য়েংজবা নংচদে।
কাওবোই:--ঐঙোন্দা নত্রবদি কনাদা য়েংলিবনো?
বীনো :— আদা থেংলিবা কেলেগুর অসিদা য়েংজবনি।
বীনো :— কৈ অহু ওইরবদি নংনা ফমলিবা কুইরে চংলো ঐ অমুক কম্লগে।
বীনো :- কুইজত্রি। চা গিল্লাস অমতংদি থকচখিগে অহুগা থোকচরগে?
কাওবোই :--অহু য়াদে থোকউ হায়বা। য়াররোইত্রা? (মথরাংদগী চেনগী পেটি শংপা।) থোক্কেরা থোকলোইরা? (চেন অহু উরু উরু লৈবা। বামোন্না চা পুথোরকপা কাওবোইনা লৌহুনা থক্তোকপা বীনোনা তিংগুক তিংগুক য়েংহুনা লৈবা। চা থকপা লোইহুনা গিল্লাস অহু বীনোগী মমাংদা থম্বা।) নং পৈশা পীথোকো। ঐজ্জা, ঐজ্জা নংগী পৈশা লুপা অসিদগী লৌকো। (চেন অহু লৈহুনা থোকখিবা।)
বীনো :— ঐজ্জা, ঐজ্জা হৌজিক্কী লুপা মচাহুনা থকখিবগী পৈশাসু লৌবীরো অহুগা চা অমতগা পুথোকপী-রকখো। (মতোমতা শোঙবা'ণ) মণিপুর অসিদি ওন্থোক-ওন্থোকপা চল্লাক তৌহুনা লুংথিলদকাওবা লুট তৌরেদনা। (লুপা অমা মফি মরোল নান্না শেত্তুনা চংলকপা)

তুপা :— (বীনোদা) মরুপ কুইরেদা উনদবা নহাল মখৈ কদায়দা লৈবীরুরগে ? (বীনোত্থ তিংঙক মাইঙরুহনা তুপা অত্থদা য়েংবা।) তুংশিদা মরুপ হৌজিক করি করি থবক পায়থবীরিবগে ?

বীনো :— (ইঙক ঙরা খুম্বা।) ঐ হৌজিক ওৎবা অমতং ওইজরি। (বীনোনা তুপাত্থদা য়াম্না চিংননা য়েংবা।)

তুপা :— ফরেনে ফরেনে মরুপ হৌজিক্তা থবক অমকা তোৱা হায়বসি য়াম্না ফত্রবা পোৎনি। ফুব্রিৎখাও হুমজিল্লবা।) মরুপ লৈরমগনি থংদবনিনা চুরুটকা অমত্তা লৈজরক্কে ... ... ... ।

বীনো :— এঃ এঃ ঐঙোন্দা য়াওজরি। (বীনোনা চুরুট পুথোক্তুনা পীবা অমসুং তুপাত্থনা লোবা।)

তুপা :— ইহে, মৈখেৎ য়াওবীরিব্রা ?

বীনো :— য়াওজরী। (মৈখেৎ পীবা অমসুং তুপাত্থনা মৈখেৎ লোবা। বামোম্না চা পুথোরকপা। তুপাত্থনা চাত্থ লৌত্থনা থকপা।)

তুপা :— (থরু থরা) মরুপ্তি য়াম্না থুনবু চাওখৎলমইনে। (তুপাত্থনা চা থকপত্থ বীনোনা তিংঙক তিংঙক য়েংত্থনা লৈবা।) ওৎবা তুইবসিবু তলবপু কয়া ফংবগেনে ? (চা থকপা লোয়বা।)

বীনো :— য়ামদে ১৫০ রোমদং ফংই।

সুপা :— অতুদা থাদোকপীগনু কথরবা পোৎনি। অতুদি মরুপ ঐ চৎচরগে।

বীনো :— য়াম্না কনি। ( সুপাহু থোকখিবা।) ইহে মৈখেৎসু পুথরে ( সুপাহু কোগে তৌবা কোবা ঙমদবা। ) ঐনা ঙসি থেংনরিবসিবু মংগী মীরা কনানোনে। সত্য মতুংসিদদি মপান সুথোক থোকচররোইদা। ( চৎকে তৌবা হোটেন বামোন থোরকপা।)

বামোন :— ইবুংঙো শেলদি ?

বীনো :— করিগী শেলনো ঐজ্ঞা ?

বামোন :— চা গিল্লাস অনিগী।

বীনো :— মীনা থকখিবহুসু ঐনা পীগদ্রা ?

বামোন :— ইবুংঙোনা পুলকউ পুলকউ কৌলগা।

বীনো :— ঐনা কৌরগা মীনা থকপ্রে। ঐসু অমতা থকহৌদে অহুগীসু মথক্তা চেম্না ফুগেসু তৌরমলে অমনা অমুক মরুপ শাহুনা চুরুটসু থকথরে মৈখেৎসু পুথরে অহুগী মথক্তা চাগী শেলসু ঐঙোন্দা অমুক তাল্লিবসিবু ঐদি ইঙকপু ঙকলেনে।

বামোন :— নংনা নপং পংহুনা মীনা চলাক তৌজপ্লগা ঐগী শেল মাংবদি কনাইদগী নাইগদদে,?

বীনো :— থংদে ঐজ্ঞা ঐ শেলগা অমতা পীবা ঙম্রোই।

বামোন :— অহুদি ইবুংঙো চৎপা য়ারোই। ( মফী শেন্থা।)

বীনো :— ঐজ্ঞাগীসিবু কুনসি হায়রিবরও ?

বামোন :— ফুনবা হায়বদি। (শাওবনা মশাহ্ থক থক নিকপা !)
বীনো :— হেন্না ঐজ্ঞা। (মফি শেম্বা।) করি কাম্নদবদা ... ... ...। (মুহেন্দ্র চংশিল্লকপা।)
মুহেন্দ্র :— করিনো করিনো তৌনরিবসিবু। (অনিগী মরক্তা চংশিল্লকপা।)
বীনো :— ডাক্তর বাবু ঐজ্ঞাসে মথোং ওম্বোক্না চাথিব্রে মীরোল ভাংনবা শুকয়া য়াদে মাগী হোটেলসিদা ভাইহাক্তং করিস্নু করিস্নু চাদনা ফম্লুরে অহুগা শেল পীত্রবদি চৎপা য়ারোই হায়হুনা হেক্তা মফি তাথংলিবনি।
বামোন :— মানা চা কৌ কৌহুনা মীভোম্দা চা পীথকপ্রগা শেল পীয়ু য়াব্রিবনিনে বাবু।
মুহেন্দ্র :— হেন্না অহুগীবু ঐজ্ঞা লেংশিল্লো চাহুম থকউ। মাষ্টর বাবু লেংশিনখো চাহুম ফানথিসি। (মুহেন্দ্র ফম্বা অমস্তং বীনোস্নু ফম্বা।)
বামোন :— মী-শিংসে ... ... ...। (মস্তুংদা চংথিবা।)
মুহেন্দ্র :— করি তৌনরুরগে মাষ্টর বাবু !
বীনো :— ওসিগীসি ওম্বোকপা মতৌ হায়বহুনি। কাওবোই (Cow boy) অমগা চল্লাকী অমথক্না ঐবু অভাওবা শেম্নলে তম্বদা ইবু ইকাই। হৌজিক কালু অসিদা ওসিগী মতৌ অসিনা তাকপদি কাওবোই গুম্দানি হায়হুনা থোরকলিবসি নোংম মোংমগী দেশকী

চাওখৎলকপা ইচেন্নদি চেলশিন্নকপা শেল ভান্নবা লম্বীদা রাংলক ফজ ফজবা অহাও অহাওবদি চানিং চাবদি কংদা মাসিদা মীওোন্দগী হেক্কা মুন্দুনা, ফুহুনা চাগনি শেংকনি অসিদা থোরক্লিবনি।

মুহেন্দ্র :— (মসুংদা কোবা।) বোই, বোই টেবল মথক্তা লৈরিবা গিল্লাসসিংসি অমুক্তা লোথোকলোরাও।

বীনো :— অহুনা ওসিগীসিসু অহুনি। অমনা গুন্দা শাহুনা ঐওোন্দা থমকা ভোহুনা ঐনা থককে ভোবা চাহু মানা থক্লগা চৎখিবা অমনা মরুপ শাশিন্নহুনা ঐবু ওকহল্লগা অমুকসু থকভোক্লগা চৎখিবা। মথোয় থকখিবা চাশিংহুগী শেলনি পীনি পীরোই তৌনম্নমলিবসি। (রাজেন থোরক্তুনা গিলাসসিং অহু লোশিনবা অমসুং গমসানা টেবল অহু নাম্থোকপদা মচুম খজিক্তং বীনোদা চোংখিবা।)

বীনো :— (বীনো শাউনা ফুক হোৌগত্তুনা।) মাসিগী অওাং অসিসু ... ... ...। (রাজেনগী মনা পায়বা।) নম্নিংতু উঠ্রা হা ননাসি লৈথুরা।

রাজেন :— খজিক্তং চোংবহুবু।

বীনো :— খজিক্তং চোংবসিদনিনে ফুগদোরিবসে।

মুহেন্দ্র :— মাষ্টর বাবু করেদা অওাংসিনা খংদহুনা ভৌথ্রবনি অওাংগা মান্নবা হোৌনদে।

বীনো :— হোটেলদা লৈবা অওাংশিংসিদি ইম্বোক্লা ওকপ্রবা

মী ভাক্তনি ঐথোয়গুম্বসিদ্দি ওহ্যোল্লা লাইনা য়োন্দুনা চাবা ভম্বা জাৎনি। (রাজেনগী মনা থাদোকপা।) চৎলো নশক্তু য়েংনিংদে।

মুহেন্দ্র :— (রাজেনগী মশক্তু মুন্না য়েংলগা। লুপামচা নং কদায়দগী লাকপনো কনাগী মচানো নমিংনা করি কৌই। (বামোন থোরকপা।)

বামোন :— হৈ কৈদৌরি চংলো চৎলু গিলাসশিংসি পরবৎ চামথোক্লমউ। (রাজেন গিলাস পুহনা চংখিবা। বামোন্না চা গিলাস অনিহু টেবল্দা থম্বা অমস্থং চংগে ভোবা।)

মুহেন্দ্র :— ঐজ্ঞা, হৌজিক্কী অঙাংহু কনাগী মচানো? মমিং করি কৌই, ঐবু অঙাংহু য়াম্না চিংনথরে।

বামোন :— ইবুংঙো মথোং চাবা নত্তে ঐথোই শ্বাইদগীনি মমাহু লুপ্রাবীনি মমিংদি থংক্রে।

বীনো :— কদায়দগী মথোং চাবা অঙাংদি ওইগবনো। মথোং চাক্রবা মমা-মপা লৈত্রবা হায়বগুম্বা লুপ্রাবী মচা হায়বগুম্বা ওইরমগনি। (বামোন চংখিবা।)

মুহেন্দ্র :— নত্তে মাষ্টর বাবু ঐগী তামোগী মচাহু ওহ্যোল্লা মানথরে। ঐনা চহি ৭ থাথোক্লবসিদা মশক্তু লাকপা ভমক্রে।

বীনো :— কমদৌনা ... ... ...।

মুহেন্দ্র :— ওহ্যোল্লা থম্মোই কায়বা রানি। ঐনা বো:ম্বেদা

ডাক্তর তম্বা চৎখ্রিংইভেদা সজদগী ঐগী তামোনা নিশা বেশাগী ইপাক্তা ইরাক্লছনা যুম-কৈ পুম্নমক জ্বারদা থাদোক্লগা ইতৈমগা অভাং পিশক অতুগনা মকম মরাং খংদনা থাদোকলম্লে অতুগা তামোনা ওক্তখীগী মখা হাংলগ্গা চেনখরে। ওসি কাওবা থিবা কংত্রি হায়ত্তুনা লৈরমলে। ঐনা ওসি কাওবা থীবদা পুম্নমক অদি অমত্তা থীবা মংত্রিবনি ... ... ...।

বীনো :— চুটি মনুংদদি থক থোকপীরকত্রা ?

মুহেন্দ্র :— ঐসু করিগুম্বা চৎলমদাইদা হুংডাইভবা অমদগী ঐগী ত্রেনিং লোইত্রিকাওবদি অবুক মণিপুর থোক্লরোই হায়ত্তুনা চিঠি কাওবা ইথিত্রবনি মাসিদ! ঐনা হায়া চিংনবনিনে মাষ্টর।

বীনো :— অহ্ অভাং অসিদি কদায়দগী ওইরমকাবনো। শিখু শিত্রবদি নোংমা শোয়দনা উম্নরখিনি। (অনিমক চা থকপা লোইত্তুনা থম্বা।) অমুক লেংথোকসি ?

মুহেন্দ্র :— ঐদি অভাং অদি ওহোয়া চিংনখরে।

বীনো :— চিংনবীরগা হোয়েন হঞ্জিলকপদা নিংখিজনা তঙ্গা হংসি কৈদৌবগে হৌজিক্তি এরা কিহল্লুবহল্লা খুম্মু য়ায়রোই।

মুহেন্দ্র :— অত্তুনা করগত্রা। (টেবলদা নম্মা পৈশা ২০ থক থম্বা।) ঐজ্ঞা পৈশা লৌশিনকীহু। (অনিমক থোকখিবা বাদোম থোকতুনা পৈশা লৌখিনবা।)

বামোন :— মুপামচা গিলাস অসি লৌশিন্লোলাও। ( চংখিবা অমসুং রাজেন থোরকপা। রাজেন্না গিলাস অছু পুশিন্দুনা টেবলদু তৈথোক্লগা চংগে ত্তৌবদা। মপান্দা অঙাং ময়াম লাংবা তাহুনা য়েংবা। ইবোহন্না মশম মনা ইফা ফা মকোই মরাং ইচোম চোম মফি মরোন্দি ইশে শেগাইরহুনা অমসুং অঙাং ময়াম্না মুংহুম তেনপাক্লা থাবদা মকোক কায়হুনা মমায়দা ঈ খরা খরা চেম্বরহুনা হোটেল মমুংদা চেনশিল্লকপা। মপান্দগী অঙাং ময়াম্না "থাও থাও" হায়হুনা চেক-মুং লংশিল্লকপা। )

রাজেন :— ভাইখো ভাইখো, মী শিবা তারে। ( হোটেল থোং লোনশিনবা।)

বামোন :— ( মমুংদগী ) কনানো কৈদৌবনো ? ( থোরকপা ) কনিগীনো অসিদা চংলকলিবসিবু। মুপাহু মথুং পায়হুনা চিংবা ) চৎলু ··· ... ··· ।

রাজেন :— ঐজ্ঞা ভাইহাক্তা ভাইবীখো মুপাসি ময়াম্না চেকতুম মুংহুম্না থাবদা মকোক কায়রমাল্লে ভাইহাক্তা পোৎ-থাখিসমু। থোকপ্রবদি ময়াম্না অমুক ফুবীতারে।

বামোন :— মা লৈরবদি পোৎ শিৎলোইনে। ভানথোকখো লৈহনগমু।

রাজেন :— ঐজ্ঞা চংলো ঐ তাহোকপ্রগে। মমুংদা বোরা মৈ হৌবা তারে।

বাঘোন :— হাঃ চেনশিনখিবা।

রাজেন :— অদুন নংনা করি তৌরুরে ময়াম্না চেকতুম-সুংহুন্না থারিবসিবু ?

ইবোহল :—ঐ করিস্থু তৌরুদে অস্থুম লম্বীদা চুন্না লাকপদা অঙাওবনি হায়হুনা হেক্তা লরুরিবনি।

রাজেন :— নকোক্তু স্থু কায়রমাল্লে ডাক্তরদা থুনা চৎহৌসি হৌগৎলু! (ইবোহলগী মথুৎ পায়হুনা চিংখৎপা হৌগৎপা !)

ইবোহল :—চুপামচা নংবু কনানো নমিং করি কৌই কদায়দা লৈবগে নংগী শক অসি উরগা ঐবু নিঙমদবা মৈচাক্তী মৈরি অসি অহোইনরক্লি। হায়যু নংগী নমা নমিং করি কৌই!

রাজেন :— মাহু হংলগা নংগী করি কায়গনি ডাক্তরদা থুনা চত্তুম চৎসি নত্রবদি নং য়াম্না নারগনি।

ইবোহল :—তাকউ য়ারোই ওক্ত্রবা ঐনি মতু-মচা মচিল-মনাও সুংশিবা থংত্রবা শানি ঐদি। শা ঐঙোন্দা কনানস্থু অশেংবা পরিচয় পিনিংলোই। করে চৎলসি চুপামচা অহুবু ঐদি লায়েংনবা শেলস্থু অমতা লৈজদে করম তৌনা ডাক্তরদা হেক চৎকদগে!

রাজেন :— মখোইনা শেল পীয়ু হায়রগা ঐস্থু তলব কংলবনি ঐঙ্গাদগী খোরগা পীনি।

ইবোহল :—আঃ আঃ নং তলব কংলবা ?

রাজেন :— (ইবোহনবু শমহুনা।) কংলে চৎলসি লাকওনে। (পুহুনা খোকখিবা।)

— —

# মরিশুবা শিল।

## লম্বী

### মতম পুং ৪ রোম তাবা নুংথিল

( বীনোগা মুহেন্দ্রগা রারি শাহ্না থোরকপা। )

মুহেন্দ্র :— অসিনি মাষ্টর বাবু খোংদনা চিকপা হুই হায়বদো ঐগী তামোদা থোকপ্রবনি। অহুগা মতমগী ইচেলদা মীওইবগী পুক্লিং, শাজং, ফিজেং চাকচাসু হোংই হায়বসিস্ত অচুম্বনি। ঐগী তামো অসি হায়রিবা ওক্তবা সঙ্গশিং অসিবু তুক্কচনা অমসুং তোম্ন খল্লম্বা মীনি মথোইগা তিন্নরুবদি লাইরহ্না মিংচিন কাও য়েংলমদবা মীশক অমনি অহুবু মতম খরা অহুদি ওক্তবী ওক্তবাশিং অহুগী রারি অমদি মখোইগা তিন্নবদনা মহাক্কী হুংঙাইজবা ওইখি।

বীনো :— হোই অহুবুদি হায়নরিদনা ওক্তবীগা সঙ্গ ওইবা অমসুং জ্বার শান্নবা হায়বা অসিদি নিংথৌদনা তোগদোরনি মাহুবু মীচম অমনা পাম্নুরবদি লক্ফুনা মপাল অমুক শাৎপদা মাগী পুক্তি লোম্বগুম মাগা মথোইসিং অহুগা তিন্নরগা হুংঙাইগনি থক্করুবত্ত মাগী শিনবা লাং ওইহ্না অহুমক পুক্তি লোম্নগদোবনি।

( চহি হুম্ফু তরারোম শুরবা হুপা অহল অমনা চহি ২৪ রোম শুরবা হুপী অমগা থোরকপা।)

অহল :— ( মুহেন্দ্রদা ) ইবুংঙো করিগুম্বা অমতা হংজগেবা ?

মুহেন্দ্র :— করি ওইরবনে৷ ইপল ?

অহল :— ইবুংঙো নত্রা ডাক্তর বাবু হায়বতুবু ?

মুহেন্দ্র :— অহোই মাম্নি করি তাকপীগদৌবা ?

অহল :— অতৈ করিস্থু নৎচদে সুপীমচা অসিমতা ইবুংঙোগীদা থবক মচা অমতা হাপ্পীয়ু হায়দুনা রানোমজগে লাকচবনি ।

মুহেন্দ্র :— করি থবক ওইরবনো ?

অহল :— হৌজিকমক হাংলি হায়তুনা তাজে অতুদা সুপীমচা অসিসু লাইরিকস্থু হৈজে অতুদা থবক অমতং তৌহন্দ্রবদি য়ুমদা শ্রম অখোল চন্দুনা লৈরে হায়দুনা তৌবনি ... ... ... ।

মুহেন্দ্র :— অতুবু করি থবকনে ইপল ?

অহল :— মাখোইগী শাগী থবক হায়নে। ( সুপী অতু ইকাইতুনা লুকথখিবা।) ঐদি হায়বস্থু থোক্কেনে। (সুপী অতুদা ওনশিন্দুনা) করিনো নংগী থবকী মমিংতু চুমত্রা ঐনা হায়রিবসে ?

মুহেন্দ্র :— করিনো ( থনবা ) শাগী থবক হায়বদি ... ... ।

সুপী :— নর্সকী থবক হায়বনি।

মুহেন্দ্র :— ওঃ ওঃ নর্স হায়বা ইহেঃ ইহেঃ ঐদি শাগী থবক হায়বতুদা ইগুকপু গুকুরে।

অহল :— হোঃ হোঃ নস হায়বনি। অদুবু ইবুংঙো মশাস্থু

ক্লাস সিনি য়ারোইদ্রা মানদি থবক অসি য়াম্না পামই অমুক্তা হায়বীয়ু হায়বীয়ু হায় অহু কমদোগে ?

জুপী :— ক্লাস সি হায়বা নত্তে সিক্স হায়বনি।

মুহেন্দ্র :— য়াগনি ইপল অহু দরখাস্ত অমতংদি থাবীয়ু অহুগা ,মতম থরদং ইম্ফালদা ত্রেন্নিং লৈবা তাই ... ...।

অহল : — কদায়দা লৈবা ?

মুহেন্দ্র :- লম্ফেলদা ... ... ...।

অহল :— লম্ফেল হায়বদি মী কনাস্তু কনাস্তু তাদবা মিলিটরী সিফাইনা পীক থম্না লৈবদো ?

মুহেন্দ্র : — মাম্নি মাম্নি।

অহল :— কনা কনা লৈমিন্নগদোরিবা ?

মুহেন্দ্র :- মখোই মমান্নবী ত্রেন্নি ময়ামগা লৈগদোবনি।

অহল :— ঐখোইগী মীদি অমতা য়াওরোইদোবা ?

মুহেন্দ্র :— কদায়দগী য়াওবা য়াগদগে মীগী লৈশাবী মচা ময়াম মরক্তুদা জুপা কদায়দগী চংবা য়াগদগে মীগী শস্বল খাজিন্দুনা Govt. না য়াম্না চেকশিন্না থমগ্রবনি অহু ইবেম্মাসিবু ইপলগা কন্নি থোক্লবীবগে ?

অহল :— ছিঃ ভাব অমা কায়রে ইবুংঙো ইবেম্মা হায়গদোবা নত্তে। অয়ুক্কীনা ইচা ওই জুংথিলগীনা ইশু শক তুমিদাংগীনা নম্বাল ( জুপী অহু ইকাইহুনা মমাই লৈথোকপা।)

মুহেন্দ্র :— এঃ এঃ থংজরে অহু ইপলনা পাম্বীরগা ঐনা হায়-জরিবসিনি মতম থন্না থা ৬ লোমদি ত্রেনিং থাবীব ভাই।

অহল :— ইবুংঙো ইপল পামজদরে থবক্কী মমিংনা শা হায়বরা নশা হায়বরা অহুগা কনাসু কনাসু য়'ওদনা মী তাদবা লম্ফেন্দা মিলিটরী সিফাই মরক্তা ত্রেনিং অমুকসু থাবা ইমাইপেন্মা! (সুপী অহুদা) চৎলো চৎলো নং অমুক থবক্কী রা ঐঙোন্দা পল্লক্লগসু। (অহলহুগা সুপীহুগা চৎখিবা।)

বীনো :— অহল অসিগী মতৌ মকনে থবক্কী মওংমক্লে ওন্থোক্লা খেন্নথরে সুপীনি হায়হুনা ভৌরিবী অসিনগা হৌজিক কালগী Up to date কা ওইরে মাগী থবক্কীদি লাইরহুনা মথোই অমিগী যুদ্ধাল অহুম য়েংবা সুংঙাইনিদা।

মুহেন্দ্র :— অহুবু অসি য়োনা অহল ওইরবসিদা মচানুপী অসিবু থাজনি হায়হুনা থাজরকলিবা ইমুং অহুনিনে।

বীনো :— শেলগী বুগলি ... ... ... ...।

(অনিমক চৎকে ভৌবা অমসুং রাধেনা শিং কোকথোং অমা পুরহুনা চেল্লকপা মতুংদা Forester গী মীনা "ঙাইঝো, ঙাইথো" হায়হুনা জান্নহুগা মতুংগীশিং অহু পান্নহুনা চিংবদা রাধেনা লোংনা শিংগা লোয়ননা তুখিধা।)

ফ্লোরেন্টর :—থংব্রা মীনা ঙাইখো হায়রমক্তদা। হুরানবগী তরানি মপুগী নোংমা হায়ত্না হৌজিক্তি করি থোক্লে। হোগংলু শিং অসি অকিস তান্না পু। (রাধে মখাং পায়ত্না "ইস অয়ো" হায়ত্না হোগংকে তৌবা।)

বীনো :— করিনো পোং পুরিবা মীবু লাক্তুনা হেক্তা চিংবসিবু।

ফোরেন্টর :—বাবু মাসি হুরানবীনি মীনা ঙাইখো হায়বমক্তদা চেনবনি ওসাইনা মীনা ঙাইখো হায়বদা য়ারবদি অসুম্না তৌরোইদৌবনি।

বীনো :— হুরানগে হুরানলু হুরানলোই তোকউ ঙুপীদবু অহুম হায়না তৌবা য়াব্রা ? নংগী করিস্থ কায়দ্রবা শিংজা অসিবু হুরাললি অসিরা ? করিস্থ নত্তবদা চেকশিন্নবা মপু মমাংদা থৌবা শাশিন্নবা অমরোমদনা কবোক খোইহুম অমনা তেবা হুইগুল্লহুনা। হায়য়ু নংগী শিং অসিগী মমল কয়ানো ? (রাধে হোগংলকপা অমস্থং মুহেন্দ্রনা থংহোদনা "ইতৈম়া, ইমা" হায়ত্না চেন্নশিল্লকপা)

রাধে :— মুহেন, ... ... ...। (মুহেন্দ্রবু কোনবা অমস্থং মুহেন্দ্রনা রাধেবু কোনথংপা।)

মুহেন্দ্র :— ইতৈমা চংলসি কদায় রাজেনদি।

রাধে :— (মপী ইরা চেনবা।) মুহেন ... ... ...।

মুহেন্দ্র :— নহাল মখৈ ইতৈমগী খোজুল লিবদা কংদহুনা

ওস্থোক্লা রানা থম্মোই অসি পুবা ঙমদনা লৈরম্লবনি ঙসিদগীদি ঐগী রাজেনউবা ফংলগনি লেংলসি ইমা। ইমা মশক থংজহৌত্রবা ননাওবু ইমাশক্তুনাও সিগী সংসারদা ইমাম্নবা মীরক তিনহনবীরে, ইতৈমগী লম্মন শিংলগে লেংলসি ঐ ম্বাজেন উম্ননিংবগী ইরাংনা ইশা অসি লৈবা ঙমদ্রে।

রাধে :— রাজেন।

মুহেন্দ্র :— করি তৌরবগে ইতৈমা, রাজেন করি তৌরবগে ? সে লেংলসিনে কদায়দনো রাজেম্না লৈরমগদৌবা। (হোটেল বামোন চেল্লকপা।)

বামোন :— (রাধেদা) ইবেম্মা রাজেনহুবু লাক লাকপরা ?

রাধে :— করিনো ঐজ্ঞা হায়রিবসিবু রাজেন কদায়দা চৎপ্রবা। ও : ঐগী লাইবক্লা হুংঙাইয়ু তমখিত্রবনি ইনাও থেংনরে হুংঙাইরনি থল্লম্বহ্ অমুক ইচা কায়নবগী অরাবা ফংগদৌরবা ?

বামোন :— কপথিনু ইবেম্মা মাংখিবগী নত্তে অঙাওবা অমা পুহুনা চৎখি হায় কদোমদা চৎখিবনো ঐস্নু থংহৌদরে।

মুহেন্দ্র :— ইভৈমা! করি রাজেনবু হোটেন গিলাস চাম্বা ওইনা য়োম্নোক্লবা। ইস : অসি পুন্নমক ঐগী তামোনা ওক্তবদগী লোয়নমক থোকপনি। ঐজ্ঞাদি অসোমদা চৎখি অসোমদা চৎখি হায়বা থংহৌদরে। (চৌকিদার অমা চেল্লকপা।)

চৌকিদার :–ডাক্তর বাবু অসোমদা মুপা অমা মকোক কাইরে হায়রুনা অঙাং অমনা পুরুনা লাকহৌই মাগীদু ফিভম থরা থীরে ময়াম্না থরা থুবীরকউ হায়রকই।

বামোন :— অঙাং হায়বদু রাজেন ওইবা তাই।

মুহেন্দ্র :— ঐজ্ঞা, অদুদি লেংলসি, ইতৈমা লেংলসি। (ময়াম থোকখিবা।)

বীনো :— (Forester য়েংলগা) চু শীং অসি নং পুন্থনা চংহ্রো। (থোকাখিবা।)

ফোরেষ্টর :–থরচ তানব্রা হায়ববু কোক্তুম কাইবমগনি। (শীংজা মপুন অদু পুন্থনা চংখিবা।)

———

২শুবা মতাং

# মণ্ডাশুবা উৎপা

# ডাক্তর খানা

## মতম নুংথিল পুং ৫ রোম তাবা

(ডাক্তর খানা অসিগী মন্নুংদা ফম্মুং থরা থাহুনা লৈ। অনাবা অনিথকস্নু ফম্মুং অমমমদা হিপ্তুনা লৈ। রাজেনগা, ইবোহনগনা ফম্মুং অমদা ফমহুনা ডাক্তর ঙাইহুনা লৈরি মরক অসিদা নর্স অমনা অনাবসিং অসিগী সেবা তৌহুনা কোইচৎ চত্তুনা লৈ।)

নর্স :— (ইবোহন্দা) অহল নং ঙাইহাক্তং থাংহুনা তুম্মিন্না। লৈখো ডাক্তর লাক্লগনি।

রাজেন :— কয়াম ল্লাংলি লাকদোবা?

নর্স :— লাক্লনি লাক্লনি কৌবা মী চৎখ্রে। (অনাবা অমনা কৌবা।)

১বা অনাবা :–নর্স!

নর্স :— করিনো?

১বা অনাবা :—ঐ বাজার ফাওবা চৎকে?

নর্স :— বাজারদা করি ভৌরুগেগে?

১বা অনাবা :—ল্লাকিং চৎলুগেনে।

নর্স :— হয়েং নাবা করগা চৎকদোবনি হৌজিক্তি চৎথোকপা য়াদ্রি। (হিদাক্তুম থকউ। গিলাস অমদা হিদাক মহি হাপ্তুনা পীবা)

১বা অনাবা :—ঐ হিদাক থকপা য়াদ্রে নখোইগী হিদাকসি থক্লগা লোক য়াম্না থুংই। অনাবদা Black market কী লাইয়েং তৌদ্রু চৈ চাত্নুা তোক্কনি। ঈশিংনা অনাবা য়েংবা য়ারোই।

নর্স :— হিদাক থকউ য়াদ্রবদি কাপ্পা তারে। ( হিদাক থক্লগা ইজেকসন পম পুথোকপা।)

১বা অনাবা :—হেক কাপ্পদা পম থুগাইগনি। (হোগগু না মক্কি শেন্বা।)

২বা অনাবা :—( মথুৎ য়েংতু রাচপ থাবগী মঙকশমগা কোম্ননা পুনথৎলহনা ফুক হোগংপা।) সত্য ঙসি পম হেক থুগাইবদা ঐগী ইগুন থংলোইদ্রদো। লাও নর্স মাগী মনাক্তা লৈরুহ্ন ময়ুমদা মতু মচানকাও অসি য়োনা সেবাসু তৌবীরোইদোবদা কেশিন্নরিবনি। হিদাক থকউ য়াদ্রগা মরাইনা শিজনি। মানা শিরগা ঐথোইনা য়াওগদ্রা ?

১বা অনাবা :—নংগী নথৌ করি লৈ কুশিনি।

নর্স :— হোইনে হোইনে নংগী কুশিনি অহুবু হিদাক থক্ত্রবদি ঐ লাক্লরোই ডাক্তর থাজিল্লক্লগদোবনি।

১বা অনাবা :—নখোইগী হিদাক অসি হিদাক্তি য়াওদবা ঈশিং ঙাক্তা ওইনা তৌবনা লোক হেক্তা থুংইনে।

২বা অনাবা :—ঈশিং ওইগে ওইয়ু ডাক্তরদবু লৈরম্লবদি হিদাকনি নং করি তৌগেগে ?

১বা অনাবা :—কুটি কুরা পাউদরসিবু হিদাক্লা অহুবু ঈশিংদা য়াম্দুনা পীথক্লগা করি ফগদোরিবনো ?

২বা অনাবা :—অত্থু নংনা থকনিংত্রগা নমাইদা হেক তৈম্নুদনা। নত্তে নংনা হায়রিববু অশেংবা হিদাকমথৈদি উচি চাকহোন্দা হোন্দোকখরে অসিরা। নবুক্তো। কয়া ফংখিত্রবনো। ডাক্তর মমুংদা লৈবা উচিশি সে হিদাক চাহুনা মশা ফরিব্বসে উত্রা ?

নর্স :— (১বা অনাবদা) অতৈ অত্থু-অদা থংদে হিদাকসি থকপা লোইরগা ইবানি রারি অমা শান্নগদোবা লৈ। (১বা অনাবনা হিদাক্তু লৌহুনা মমিৎ মনা উইশিন্দুনা থকপা।)

১বা অনাবা :—করি রাম্নিনো শারসিদনা ?

নর্স :— ভাইখো অমসি অমুক পীথক্লু খিগে ? (২বা অনাবগী মনাক্তা চংলকপা।) নংগী অসি অমুক থক্লসিদনা ?

২বা অনাবা :—ভাইখো ঐ রাখল অমা থল্লি।

নর্স :— কোম্না থলহৌরো হিদাকসি হান্না থকখো।

২বা অনাবা :—কাউথিবা তারে অসিদগী চেগা কলমগসি অমুক্তা পায়ন্নু ঐ হায়রকে অত্থুগা অমুক্তা ইবীরম্মু।

নর্স :— করিনো ওম্বোক্না হুংভাইথিত্রে। হাম্নরো ইরগেনে। (চেগা কলমগা পান্নবা।)

২বা অনাবা :—ইবেম্মা লালহনগন্থু।

চান্নবী। নংখু হুংশিজবদগী উজনিংহুনা ওইনা খুং তেকশিন্নহুনা ডাক্তর থংনাদা লৈজববু নংগী আশাদি থংহোদনা

অনাবা কখিবনা হান্দুনা নিংঙমদবা মৈচাক্না লোয়ননা য়ুমদা চৎপা তারে য়ারোগনু শকহেনবী।

নর্স :— লোইরব্রা ?

২বা অনাবা :—লোইদ্রি।

নর্স :— হায়রোদনা ?

২বা অনাবা :—য়াম্না চাকপগী মোত্তা মথাদা অমতা হাপ্পু।

নর্স :— করি হায়না ?

২বা অনাবা :—অন্থু নং থংদ্রা ?

১বা অনাবা :—অন্থুদি ওঃ নং চাক্লেদকো ! ওঃ নং চাক্লেদকো। নংগী য়াথন্দা থম্মোইসি চাকপনা হিদাক থকপা কাও থনাউদা কংথ্রেনে পাম্মুবী হেক তাশিল্লুদনা।

২বা অনাবা :—অন্থনা নংগী হোরেন কোম্না হাপচো ঐগীদা তাংবীরকনু।

নর্স :— অন্থু হায়রো থেংখরে ?

২বা অনাবা :—ইয়ু ! "চাকমিন্নসি মৈরি ওইহনা উরু অমতদা। তোমিন্নসি ঙা ওইনা থাং অমতদা। ওঃ হুংশিদকো হুংশিবী।" লোইশিল্লো অন্থুগা নংগী নমিং লৈকম থাজিল্লু।

নর্স :— করিগী।

২বা অনাবা :—অইবা মীগী সহি হাপ্তবা য়াব্রা (১বা অনাবদা) লাও নং শাক্কি সহি তোরো লাও।

১বা অনাবা :—অন্থুদি দলিনসু নত্তনা।

২বা অনাবা :—খাইদগী লুবা দগিননি হয়েং কোর্ট্ পুখোক্লগ দৌরিননি।

নর্স :— দৎ ( শেগাইগে তৌবা অমস্নুং ২বা অনাবগা মুন্নবা অমস্নুং মুহেন্দ্রগা লোয়ননা ময়াম চংলকপা।)

রাধে :— রাজেন !

রাজেন :— ইমা ! ( চেক্লোরকপা রাধেনা রাজেনবু কোনবা )

মুহেন্দ্র :— রাজেন ! ( ইবোহলনা মকোক কাংখত্তুনা য়েংলকপা অমস্নুং রাজেন, মুহেন্দ্র অমস্নুং রাধে উবদা ইকাইহনা মমাই লুকথখিবা।)

রাধে :— নংনা মতম পুম্নমক্তা পাবুং তোন, পাবুংতোন হায়বহু পাবুংতোননি অসি খুরুম্মু। ( রাজেন চপ লেপ্তুনা লৈবা।)

মুহেন্দ্র :— করিগী খুরুম্মুনি লাও রাজেন। লাওনে রাজেন, ( রাজেনবু চিংশিন্দুনা কোনবা।) ঐনা নংবু থীবা কয়া কুইয়ে নংগীদমক্তা ঐনা লৈরকপা কুন্নিং খোংগ্রাও ওসি ফাওবা শেংপানবা লৈতহনা সুরকেশ মনুংদা তাহনা লৈরি। চৎলসি উপ্পরো। ওসি অসি য়োনা সুংঙাইরবা সুমিং অসিনা ঐগী সুংশিজরবা তামোহুদগা উজবা কংলবদি কয়াদা সুংঙাইগ্রগ দৌবনো ( ইবোহল মমাই লুকথ-লুকথনা মপী তৈথোকপা।) শিবু শিরমত্রবদি ইথৎ থংহোদনা ইতৈমাগা রাজেনগা উনবা কংলম্নিবা অসিগুম্না ঐগী

তামোম্ব শোয়দনা উনবা ফংগনি। চংলসি রাজেন।
(রাজেনগী মখুৎ পাইহুনা চিংবা রাজেন্না য়াদবা।)

রাজেন :— ঐ ডাক্তর ভাইখিগনি।

মুহেন্দ্র :— করিগীনো? ঐনি ডাক্তরনি য়াজেন।

রাজেন :— (ইবোহলদা খুদোম্বীনা থীন্দুনা) অসিদগী অহল অসি মকোক থীনা কায়রে মাবু হান্না য়েংখো। (থানা ময়াম চংলকপা।)

ইন্সপেক্টর :-Good eveving ডাক্তর বাবু।

মুহেন্দ্র :— Good evening করি থৰক্লী?

ইন্স :— ডাক্তর বাবুগী অসিদা ঐনা চিংনবা মী অমা চংথরে অহু অমুক্তং Enquiry তৌজবা য়াগত্রা?

মুহেন্দ্র :— করিগী য়াদনি ঐগী অসিদা লৈরিবা হায়ববু অসিদা লৈরিবা থরাসিদনি অতৈ কনাম্বু থোইদোকপর্সি লৈতে।

ইন্স :— শোয়দনা চংথরে হায়বসি য়ান্না থুপ্না পাউ ফংলবনি। (ফুরিংথাওদগী ফোটো লৌথোক্লুনা মুহেন্দ্রদা পীবা।) অসিনি লৈব্রা অমুক্তং য়েংবীগত্রা?

মুহেন্দ্র :— (ফোটোহ্ য়েংলগা।) অসিদি ঐনম্বু কম্না থীরীবা মীনি কদায়দগী লৈগদগে ইন্সপেক্টর বাবু।

ইন্স :— ডাক্তর বাবুনদি করিগী থীবীরিবা?

মুহেন্দ্র :— ঐগী অমতা ভাইজরবা মুংশিরবা ইরাম্বনি। ঐনা ডাক্তর ওম্বা চংখ্রিদৌ করিগুম্বা অরাবা দশা

অমদগী লোৎখিছনা ৎসি ফাওবা থীবা ফংত্রিবনি। ইন্সপেক্টর-খোই খাই মপান্দগী অমুক্তং উনহনবীরবদি মপোক সিমগী ঐ অসে ইন্সপেক্টর খোইগী লম্মন তোল্লবনি।

ইল :— য়াম্না ফনি লৈত্রবদি চৎচরগে। (কোটোছ ফুরিৎ-খাওদা হাপচিল্লগা চৎকে তৌবা। ইবোহলনা ফুক হৌগৎলকপা।)

ইবোহল :—লাও ইন্সপেক্টর নখোইনা থীরিবা মীদু ঐনি লাও ঐবু ফারো লাও। (মখুৎ অনি তিংথোরকপা।)

রাধে :— ইবুংঙো! (হোচিন্নুনা ইবোহনগী মখোং ময়াদা তুবা অমসুং মুহেন্দ্রসু "তামো" হায়দুনা চেনশিল্লকপা। ইবোহলনা মুহেন্দ্রবু কোনবা।)

ইবোহল :—লাও রাজেন ইপানা নংবু কায়নরমদাই থুদক্তা ইচানা পৈশা পীয়ু হায়দুনা ফৌজিদা য়ানবদা ইপানা সঙ্গী দোশনা ওক্তবীগী মরুমদা নিশাগী জালনা কুপখিছনা ইচাবু তমথীরবা মিৎয়েংগা লোয়ননা কম্থোরম্বা। ৎসি ফাওবদা নিংৎমদবা মৈরিনা চাক্তুনা লৈরবা তমথীরবা নপা ঐবু নংগী সুংশিবা লাইবক্তো ওক্তবগী রারকফম কৈৎমশং চংলমদাই মতমদা অমুক্তদি চুপহল্লুনে রাজেন মাছনা ইপাগী থম্মোই অসি ইংশ্রগে। নহালমথে নখোই ময়াম্না নপা ঐবু অঙাওবনি অঙাওবনি হায়রবদো ৎসিদি ময়েক লানা থংলে করিসু

লৈত্রবা অঙাংশিংনা অঙাওবা অঙাওবা হায়রুনা চেক্তুম মুংহুম্না থারকপা ইপা অঙাওবনি রাজেন নং শাউগন্থ। (রাধেদা) রাধে ঐনা লানথিবা পুম্নমক ঙাক্তুনা রাজেনবু অমুক্তা ঐঙোম্দা পীয়ু।

রাধে :— করি তৌরি রাজেন নংনা পাবুং পাবুং, হায়জবদো পাবুং উরগা করিগী লেপ্তুনা লৈরি।

ইবোহল :—য়ারোই পীক্লিবা অঙাংগী থম্মোইদা ইবোহলবু কিবগী মমি তাথি। লাও রাজেন ঐ নংগী তমথীরবা মচা মুংশিবা খংত্রবা নপাহু নত্তে নংনা ঙসাই মথৈ লুনা তৌজবা নংনা অহল অহল হায়বহুনি কদায় নংনা ডাক্তর পীনি হায়বদাই লাওনে রাজেন (রাধেনা রাজেনবু মথুং পায়হুনা চিংশিনবা। ইবো-হলনা রাজেনবু কোনবা অমসুং মমিংতা মপি তাবা অমসুং ইবোহলনা মকোক্তা মথুংনা পায়রগা।) ইস অয়ো। (মমিং উইশিল্লগা মথুং নামনা রাজেন, মথুং নামনা রাধে পায়রগা মুহেন্দ্রদা শিন্নবা।) মুহেন্দ্র নং ইয়াম্ববু রারোগন্থ সে নতৈমগা, নচা রাজেনগা অনি অসে ঙসিদগী নংগী নথুক্তা শিন্নরবনি ইন্নাম্বদি ফার্সিগী শগাইদা তৈংনা পোথারমলগে। ইস... ...।

মুহেন্দ্র :— তামো রাখল অহু লান্নে।

ইবোহল :—কদায় নখোই অহুমগী হারাওবা মীনোক্পা ঐবু অমুক্তা মুংঙাইহল্লু। (ইবোহল কম্মুং লোমদা তুথরকপা।)

মুহেন্দ্র :— তামো। (চেনশিন্দুনা ইবোহলবু ভাক্তুনা ফমুংদা নিংথিজনা হিপহনবা। য়াথেনা মথোং মথুং নোয়বা।) নর্স, নর্স। (নর্স চংলকপা।) কোক্তা হুমাই হুম্মু (নর্সনা মকোক্তা হুমাই হুম্বা ইবোহল মমিৎ পাংলকপা।)

ইন্স :— ডাক্তর বাবু! তামোবু … … …।

মুহেন্দ্র :— ইন্সপেক্টর বাবু ঐ পুন্নমক থংজরে অহুবু তামোগী ফিবম অসিদা ইন্সপেক্টরনা পুথিবদা থরা অকায়বা লৈরনি অহুনা ভসি অসিদ ঐ ট্রিটমেণ্ট লৌজখিগে অহুগা হয়েং তামোবু থানাদা সরেগুর তৌহনজরগে হায়ববু করম্বা অকায়বা … … ?

ইন্স :— সরেগুর অমুক তৌবীদ্রবসু ডাক্তর বাবুগী নিংবা কায়দনবা হসপিটান অসিদা ভসি অহিংগী গার্ড থমজরগে মাহুনা অনিমক্তা অফবা ওইরগনি।

মুহেন্দ্র :— অহুসু কৈ কৈদৌবগে?

ইবোহল :—ইন্সপেক্টর ঐ করিমত্তা চেল্লোই, ঐবু ফাবগী মনা অহু নংনা শোয়দনা ফংগনি নহাল মখৈদি ঐগী ফুংশিজরবা ইনাও অমদি ইচা উমত্রি ফাহনথিরোই হায়হুনা চেনবনি। হৌজিক্তি শিনফম থংনা ইচা শিন্নরে ঐগী নিংবা থুংলে ঐ চেন্নরোই, ঐ চেন্নরোই। ভসিগী মনিপুরদা হৌরকলিবা নহারোলশিংগী মফমদা ঐনা চাওরবা য়ারকনবা য়াথা থুদম অমা ওইহুনা

নীশা অমদি ওক্তবীনা মীওইবগী পুক্লিবু ফাসিগী শগাইদা শাম্নপোৎ ওইহল্লি হায়বসি ময়েক লানা উৎলগদবনি। ( ইবোহল হৌগৎপা।)

মুহেন্দ্র :— মাচু পুন্নমক অরানবনি।

ইবোহল :—লাও মুহেন, রাজেন, রাধে ( রাজেন, রাধে মুহেন্দ্র চ'শিনবা ) ঙসি মতম কুইনা কায়নরবা মতুংদা ঐখোই পুন্ন: উন্নরবা সুমিৎ অসিদা হরাওবগী মীনোক্লা অমুক্তা পুন্না নোক্তুনা অতিয়াসি নিলহনসি। হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ ... ... ... ...। ( নর্স অচু মমায় থুমজিন্দুনা মপি তানা তানা, থোরকপা।) কনানো? ঙাইখো! অসিগুম্বা ইবোহলগী নিংবা থুংনা সুংঙাই-রবা সুমিৎ অসিদা নর্স নংনা করিগী নমিত্তা নপি তারি। ( নর্স চপ লেপ্পা ) নং লাইরেম্বীগী শকলোন পুবা নর্স ওইচুনা ইবোহলগী সুংঙাইবা ঙাইহাক্তনি থন্দুনা নমিত্তগী নপি তাব্রা নত্রগা নংসু ঐ গুম্না অরাবা নংলবী অমরা ... ... ...? থুম্মু নত্রবদি নমিত্তগী নপি অচু থুনমক তৈথোক্তুনা ইবোহলগী সুংঙাইবদা নংসু নোকউ।

নর্স :— মতমগী ঈচেন্দা তাওরুবা কাওশিংনা ঈশিংনা ঈমায় লৈগ্রবদা য়োনিংবা মকম য়োহৌদনা তোর্ব্বান লৈঙোই মথক্তা কংচুনা থাংঙুথক্তা মাংবদো থল্লুবদা নিংঙমদনা থম্মোইদগী তারকপা পিনি ... ... ...।

ইবোহল :—"মতমগী ঈচেন্দা তাওরুবা কাওশিং" ... ... ...।
ঐবু নংনা করম্না থংই ? হায়য় নং কনানো ?

নর্স :— ঐ কনাবুসু থংজদে ইতোমতগী ইশাবু ইতোমতা নিন্দা তৌজবনি ... ... ...।

ইবোহল :—অতুদি নংসু ওক্তবা ঐগুম্না ওক্তবী অমনি।

নর্স :— মাতুমক মতিক চাবা ঐগী মিংথোলনি। ভাইহাক্কী মুংঙাইবা পাম্বা মীওইবনি, ঈথক্ক ফুমদা লৈরায়না কিয়বগুম, ইরাংনা পুন্সিগী য়েক্লবনি।

ইবোহল :—থাবা ... ... ...। (মপি তৈথোক্তুনা থাবানা মমায় ওনশিল্লকপা।)

থাবা :— ঐ ওক্তবীনি।

ইবোহল :—(শাউনা) হৌজিকসু ঐগী নাক্তা অমুক ... ...।
ঐবু লাক্লবা নং অমুক পেন্দ্রি ... ... ...। নংবুসু হাংপনা ঐগী নিংবা থুংলনি। (ইবোহল থাবা মনাক্তা শাওনা চংগে তৌবা রাথেনা চেনশিন্দুনা থাবাবু কোনবা)

থাবা :— লানথিবা পুম্নমক ভাকপিয়ু। (রাথেদা থুরুম্নগা তপ্না তপ্না মপানলোমদা থোকখিবা।)

ইবোহল :—হাঃ হাঃ হাঃ ... ... ...। কনাসু লান্দে, ভাইথো থাবা ! ঐ অভাওবনি, ঐ অভাওবনি, মতমগী ঈচেলবু কনানসু থীংবা ভয়োই হাঃ হাঃ হাঃ ... ... ...।

---

ফিজং থাদবা

লোইরবা